# য়াওশঙদা হৈবেনবোক্কি শিংজু




থৌনাওজম রাসেশ্বর সিংহ

# য়াওশঙদা ইঁবেনবোক্কা শিংজু

থৌনাওজম রাসেশ্বর সিংহ

# Yaoshangda Ibenpokki Shingju

(a book of Manipuri Poems & Proses)

***Written by :*** **Thounaojam Raseswar Singh**





| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | ২০১০ |
| অফোঙবা | ঃ | অইবা |
| কপি মশিং | ঃ | ৫০০ |
| লাইরিক ফংফম | ঃ | অইবগী য়ুম, তোপ খোংনাখোং ইম্ফাল ইষ্ট<br>অমসুং লাইরিক য়োনফম |

| | | |
|---|---|---|
| মমল | ঃ | লুপা ৯৫.০০ |

*Printed at :* **B.S. Printing Press**, Sagolband Rd Nipa Keithel,
Near Aryan Theatre, Imphal -1



কেঃ তেজবতি দেবী
(১৯৪১-১৯৯৯)

## খুদোল তম্বা

শকথঙনম্রিদৈ, থম্মোয় থম্মোয় ফাওনম্রিদৈ
পূনখি নঙগা পুন্সি খোঙচৎ অমদা।
হেন্নদুম খোইথুম্নখি ইনৌ নৌনা
ঙমদুনা মুলহনবা উহৈগী মহাওদগী
হেকপদা ঙায়রিবা উহৈগী মহাওনা
হেন্না মহাও লৈবঙম চাবদা।
মীওই মপোক ওইরুবগী হৌনশা
ঙমখিদে নাম্নোকপদি অন্না নুংঙাইদগী।
অদুবু হোংখিদে নঙগী মায়খোঙদি
মোমোনতা লৈজবা মতম চুম্নগী।
চক্রি ফত্রবা ঐগী মরৈদা
ঙমহনখিবনি ঐতবু নঙনা নোক্লা।
ফনা কন্নদি হোৎনবনি ঙমনবা
থাজদ্রে ঙমগনি হায়বা কাউথোকপা
নোংমা নঙনা হায়খিবদু নচাশিংদা
"ঐদি নোয়'বানা ঙাংবসি ঙকশাও শাওনিংদ্রে।"
কুইরে তাখিদবা খোঞ্জেন্দু নহাক্তি
নোকমিবা লৌথুপ লৌকোই য়াওদবা।
থন্নমগনি নঙনদি কাউথ্রমাল্লে কুইরবনিনা
খঙদবনা নঙনা হেনগৎলকইবা চৈনাসে
মৈচাক হেন্নকপঙম অকংবা শীংনা।
অমুক্তংদি উন্নখিসি মফমদুদা মহৌশাঙম
য়েন্সিং থাগী থানিনদা অদুঙৈঙম।
ঙমদ্রবসু সাহাজাহানঙম মাগী মমতাজদা
পীরবনি নফমদা পূকচেল তিংনা
ঐগী অরৈবা থরসি পূথোক্লনা
"য়াওশঙদা ইবেনবোক্তি শিংজু" মন্নানসি।

# ৱাহৈ অমা ’নিদং

খোংম্নু ফনা হৌগৎলকওে হোম-হোম চাউগদ্রা খল্লঘনি, অদুবু ওইখি, পীজরিখে নোয়ম্নু য়াদ্রবা খোমককলাই চুবা। ৱাচেৎতা মিহুন নম্নমক ওইরসু, ওইদ’য়াখিদে একলব্য হিংনবগী অকনবা লানফমদা মতিক লৈরবা রথি মহারথি কয়াগী মরক্তা। লানফমগী মিৎচি লৈথোকপা য়াদ্র’ মতাংদুদা য়েংনিংলুই কেনা নৌনা শাথেক নাইনা চৎলিবী সাহিত্য কৌবী লৈশাবীদু। ঙমখিদে, য়েংখিদে, উখিদে। য়াচংবদা লান লেপ্লবা ভিষ্মগী মোইবুং খোঞ্জেল তারকওে খোঙ্গুল লীরুবনি হাথু-হাথু মিতাজখিবি সাহিত্য কৌবী লৈশাবীদু। তামখিরদ্রে, য়াম্না তামখিরদ্রে।

নীংশিংলকখি, অহল ওইরবী ইবেনবোক্তু। ময়া অমত্তা য়াওদ্রবা চিনবান্দু ইকোপ কোপসিল্লে। কুচুদি পাল্লি। ফজরবী মায়খোংদুগী মমি মাঙদরি। য়াওশঙ খুদিং থিমিগ্নে শিংজু ময়ান ইখোলদা ফংবা কোম্প্রেক, কোলমনি, পি খোংজাই মতোন লমজাও ময়াগী খোংনাং মখোঙদা য়োম্নবা। শেন্দোংগী নত্তে, পামজরুবগীনি। ইনশাং মখেল অমা ওইদ্রসু শিংজু ওইনা চাকল্লুক্তি মচি অমত্তং ফংনবা কৎচবনি ভক্ত বৈকুন্ঠবশিংনা হাবীরিবা উসবতুদা।

অইব

# য়াওরিবশিং

*শৈরেংগী শরুক*



*রারী মচাগী শরুক*



*রারেংগী শরুক*

*অইবনা মতম মতমগী রাকমদা খবরদা হাপখিবা খরা*

# অওনবা

***"The cobbler makes the shoe but the wearer can tell where it pinches ... if they are immune from popular influence or control, their policies will be at best inappropriate to people's needs."***

***—Ancient Athenian saying.***

ওল্লি পৃথিবীনা মশাগী এক্সিসতা
চৎলি অমুকসু ওর্বিৎকি লম্বীদা
পীরি অওনবা অইং অশা ঈশিং নুংশিৎ।

পাম্মী মীওইবসু অওনবা
পূম্নমক্কা য়ানগদবা
পূম্নমক্কি নুংঙাইগদবা।

শেমগ্রে ইতিহাস কয়া
ঈহৌগী য়ায়ীনা অওনবগী
চেস্থরি ইচেলদু লেপ্তনা।

খিরি কদাইদনো অওনবগী ঈতুংফম
খৈরোইতুম সনা তংথাই ওন্নবা
যজ্ঞ কয়াদা চৎতুনা মশা পম্বা ওন্নবা।

ওন্নগদ্রা হায়রগা ওথোকগ্রে লক্কমদু
কৈশালনা শক্তিগী মউন উপশিনবা
শম্বুপ্তা চঙলগা শাদুনাবা।

শাওনিংবদি মৈ হৌয়ে ময়ামদু
ফোঙদোকপদি ওন্নদে কন্নাদু
তৃপ্তি মৈগী চীংজাওদু অদুম।

মাওগওবা ইবেৰবোতি সিংহ

মশু মবেনতনি লৈজরিবা
হাংতোকপীরম্মে মশু পাখংদু
মশক খঙদবা খুংলাই পায়বনা।

থম্মোয় কায়না তেংথারি
মপুরোইবা হাত্তোকপীগ্রবী মৌ নহাদু
পিক্লিবা মচাশিংদু কোল্লগা।

ব্রা ব্রা নোক্লি মশম ককপদা
নিশা য়োল্লম্বগী লুপ্তাবীদু
কপ্লি ও! খোংনা ময়া কাথোক্লুনা ঙাইরিবশিংদু ময়ুমদা।

শেম্মী আইন চবুন অমা
শেঙ্গা থুমজা খিংনবা
চারি শম্বলনা হব্রাই মত্তোন অদুম।

কৈশুমশঙদা থম্মুবা ফম্লাইবদু
হরাল্লুবগী মীয়ামগী মরল
কাপ্রে ফমথোল থোক্লকপগা।

কুম পুরবা ব্রায়েনশঙ
ওইগ্রে হিমালয় চীংজাও
শৈখৎলকপা ব্রাকৎতনা

শেঙ্গা থুমজাগী
হরান চিন্থিগী
মীহাৎ মীপুনগী।

ফম্মী ব্রাকৎ মীফম
লৈরক খুদিং
লমহাং খুদিং

মীচম হাৎপা লেপ্লবা
"ঈ" মশেল হাৎনদনবা
পান্দম মান্নবশিং পুনশিন্নবা

মীয়ামগী হক খোজাওনদনবা
লায়রবগী চাকথুং মৎতনবা
নুপীগী ইজৎ শুারুবা।

লাকই অসুম্না অসুম
চৎথরি লেপ্তে হায়রগুম
হোংদে শুকহোং হোংদে।

চৎলি শামুদুসু নোম নোম
খোংঙি হূইয়ায়া পৌ পৌ
নাচুংদে শামুদু চৎলি অদুম।

চোংখৎলকই চেজুম শৌবগুম
মরৈবাক নীংবা ময়ামগী
গুমভিরগী পিয়াং শিন্দুনা

ইরমদম ইরৈবাক নুংঙাইহনগনি
অপূনবগী শক্তম শাগৎকনি
মায়বা খুম্নাই পুরক্কনি।

শম্বন্দ ফত্বা অশিং শাবশিং
কাপ্লি নাউরি, লুপ্নপা
শম্বল মরুমদগী খারিবা

অর্জুনগুম শিখন্দিগী মরুমদা
কাপখিবা ভেন মবুখৌ ভিস্মদা
অদুঙৈগী মহাভারতকি লানফমদা।

কোয়রাও লাউরি নৈঙাকপশিংনা
পুক্কে লনগৈ য়াৎত্রে
চাকথুং ফিথুংদবা নৈরয়োই।

হেনগৎলকই চাগোক ফবা
কুমগী পোইনু খুদিং
ৰোয়া উটি ময়ামদু।

মকোক শারকই যমরাজ
লৈফম চন্নক্তবগী স্বৰ্গদা
শঙজাওদু অশিবা থম্ফম

হাংতোকপীগ্ৰবশিংগী অকনবনা
শিজগ্ৰবশিংগী চাদবনা
হাংতোক্লগ্ৰবশিংগী মশেন।

ফোঙদোকপদি য়ারোই পেন্দবগী
তেংথাবসু য়ারোই অন্নাবগী
য়াকৎপসু য়ারোই শিগ্ৰবশিংদুগী।

কর্ণগুম মাগী য়ানিগা
হোরাইনা খায়বদা বৃষকেটুবু
ব্ৰাহ্মণ শাবগী য়াথংনা।

উনমুক চিকয়্রে য়াও মচাশিংদু
শাউরম্বশিং কৈশালগী য়ায়েন্দা
শৌরম্বশিংদু পুরুক শৌবিগুম।

তারি অশিবদু মথন্তা
লমহাংদা লময়াম্নদা গুমাংদা
ঈ 'না লুপ্লবা মশাদু।

য়েংলি নোকমি নোকমি
কুম্মেগুম অশিবদুদা হাৎতোকপিরম্রবা
খাঙপোক শঙগী মীয়াম্না।

মসিনি পুরক্লিবা অওনবা
ময়াম্না কয়া হোৎনদুনা
থরায় খুবাক্তা হাওুনা। ❑

# লৈবুং য়াকাবা

"নুংঙাইরম্মিদা" শোন্নবা নত্তনা তকসি শোন্না
হন্নক্লরোই অমুক অদুঙেগী লৈবুং য়াকাবদু।
যণজাবুং শান্নবুং য়াকাবুং মরাঙ কায়রম্মি মতমদু
পোখানরম্মি নুমিদাংব্রাই খুদিং খুনয়াগী লম্পাক্তা
চেন চোংদুনা শান্নে নহাশিংনা মুকনা কাংজৈ, ফিবুল হাবী
শানৈ অহনশিংঙ কাঙবু কাঙবু মখল মখেলগী ব্রারী।
ফম্মি অদুম লেপ্তে নিংথমগী মতমদসু
মৈজাও তিক্তুনা শীংতেক শীংজা থারগা
চামিন্নে পান মজ্রা লৌরগা ইংখোলদগী থোকপা
নুংশিনৈ লৌথুপ লৌকোই য়াওদে
অকি অথং লৈরমদে, ঈশৈ হৈবনা ঈশৈ
ব্রারী হৈবনা ব্রারী লিদুনা নোকমিন্নে,
পোথামিন্নে নুংখিল চুপ্পা শুরুবদু।
"তা' তোমান্দি কৈদৌরে উদেনা ঙসিদি?"
হংনৈ খঙনিংনা অমত্তং তেকপদা।
পাওখুন্নকই অমনা কোইরু-কোইরু য়েংলগা
"মাগী নুপীদু কৈথেন কাগনু য়াদবগী চৈরুবদা
মত্ত-শুথাং লৈরফাও খম্মন চাউমল্লি
মচা-মমৌ মমাঙদা ইকাই হায়দুনা খংনমান্নে,
হাকমনবনি তা' তোমানসু অদুফাওদি।"
"হেন্না ইবো,
মাগী নুপী কবোকলৈদুদি তগৎ তগৎ তেকইদা।"
য়া য়া নোক্লে অব্রা অনা কাউথোক্লে।
পাউ অমবু তারিনে—

মথা লৈকাইগী হাকুম মুক্তা যাত্রা ফংখিবা পাখংদু
লৌবুক কুম্মু য়াদবগী মপা মচা চিন্দান্নদুনা খৎনৈ হায়নে !!
"কৃষ্ণ" "কৃষ্ণ" শোম্নে ময়ামদু মীপাইনা উপদ্রোপ্তুদা।
মুৎপমক্তি নৎত্রি, লৈরি হৌজিকসু
হোটেলদা রেষ্টুরেন্ততা হোলদা
স্বর হোনফম ফাও লৈরক্লবা মতমসিদা
সহরগী তাংনা ফংবা লম্পাক মচাদা।
শক্তমদি খেন্নরে মহৌশাগীগা
ব্রারীসু মান্নদ্রে পুংতোপ তোপ্নে।
খুদৈ ইন্নফি ঙবোংনি মতমদুগীনা
শাজবা য়ুমগী নুপীনা য়োংখমদা
সুৎ তাই খোঙ্গ্রাওনি হৌজিক্কীনা।
"ইমা থৌরানি, চা অমত্তা পীয়ু"
লমজাও ময়াগী হোটেলদনি নুমিদাংব্রাইগী।
"এঃ য়েংখোমগী ইনেবু বামোন ওল্লব্রনে?"
ফাক ফাক নোকই হান্না ফন্নস্বদুনা।
হেরা ভাই, হৌজিক্তবু,
ফম চাউরবা পৈশা পায়রবা
য়াম্বুং পাবুং খুরাইবুংঙো মাইবুংঙো
য়ু ঙাওবগী ঈশিং তীংখিবা
পাউ চেদা মখুৎ লোম্নরগা শেংদোকখিবা
তুরেল ব্রাংমগী থিয়াম পুকচাওদো
ওইপ্রেদনা মন্ত্রি, হন্দক ভোৎ কাবগা
য়াগদ্রো খুয়া কৌরুবা মঙোন্দা?
ইয়াগী ব্রাতাসিদি অমবু নিংশিংলকই
হোটেল ফম্বী ইনেসু য়াওশিন্নকই,
"মচা তংখাইনা পাজি কৌবা,
তংখাই অমনা পাবুং কৌবা,

ওফিসার ওইদ্রিঙৈদা পোকপনা পাজি
ওইরগা পোকপা মচানা পাবুং”
ইশি শিনা নোক্লগা থম্মি চাদু তেবলদা।

অনী অহন্নক চিংবদা ঙায়রিদা চাদু
খিংলকই ইলেক্ট্রিক পোষ্টতা কাং-কাং-কাং।
পুমনিল নিন্নে পুন্নাঙ লাঙঙে কংলৈ রেষ্টুরাদা
পুন্নে মৌ শরি মৌ নহা ক্লবকি নহারোলশিং।
থুদেক্লকই য়ানথায়রকই মৈ থারকই
পুথোক্লকই পাখং অনি লৈশাবী অনি রেষ্টুরাদগী
মীয়াম্মা কোয়শিল্লগা ক্লবকি লম্পাক্তুদা।

সহরগী কৈথেল ময়াগী লম্পাক্তু
পুল্লি মখল মথেল নুমিদাংব্রাই খুদিংগী
মশা নানবা লীচৈ পায়বা নেতা মানবা
শুরে, মশম শাংবা মকোই থাকপা।
ইরমদম ইরৈবাক পৃথিবীগী ব্রারীনি শানরিবা
পুব্রারীগী, লাইশোনগী, শক্তম ঙাকপগী
চৈরাওবা অনি দুর্গা পূজা পাম্মোইবী ইরাৎপা
মমায় ঙাংখৈ য়েৎনরি মানা মানা ঙম্নবা।
খঙবোই খঙদবোই হৌদোক্লকই অমনা
“ময়াম শিখিঙমসিকো খরা হিংনখিসি
আমেরিকাদদি অশিবা মী হিংগৎহনবা ঙমদৌরে
চহি তরুকমুক্তি তুংদা থবক্তা ওম্নোকঅনি
উচিদা তৌবা চাংয়েংদা মায় পাকখ্রে।
খুদোং চাবসি লৌহৌনবা মীওই কয়া থোরক্রে
আমেরিকাগী প্রেসিদেন্ততা পিশিল্লকপা দরখাষ্ট
কোটি অমগা লিশিং তরানিথোই শুরে।”
তুমিন তুমিন তানৈ লাংলম্বা ময়ামদু
হংলকই পংতক শুতকপা অমনা

"পৈশাদি কয়া চঙনি হায়?
ইরাং মতাসিদা হিংগদববু তল্লেদা।"
মরক থৎলকই নেতা মানবদুনা —
আমেরিকাগী প্রেসিদেন্তত্তি চহি মরি মরিগীনি
চহি তরুক্কী তুংদদি অতোপ্পনা ওইথিবা য়াই
হৌজিক্কি প্রেসিদেন্ততা থারিবা দরখাস্ততু চৎনবা য়ারোই।

মখোঙ নাম্মদি শাথিনা তেল্লি নুপাদু
চৎপদা খুদোং চাদ্রবসু লাকই নুতিগী মফমদুদা
য়াদি ঙাংদে মুন্নদি তাই ময়াম্মা ঙাংবদু
মানা য়ানিংবা মতাং য়াওরকপদা ফোঙদোকই
মঙক নোঙ্গগা নোকমি-নোকমি নাক য়েংৎতসু য়েংঙি
নুমিত্তুসু মুন্না তারি ঙাংলক ঙাংলকপদা ওনশিল্লগা।
নুমিদাংয়াই চেফোঙগী হোক্করদুনি
লাউরি চে ময়োমদুগা হুই খোঙচৎতা—
কাপথাইদ্রে কাপথুদ্রে, ছাত্রি অমা কাপ্তুনা হাৎদ্রে
শেল চারুবগী ফারুবা ওফিসারদু থাদোকদ্রে
ধর্ম্মগী লুচিংবদু লুপকি মায়োক্তা লৈবগী
শিবগী চৈরাক পীরনি হায়দ্রে ।
'বো-ওং' পোকথায়বগী অহৌবা মখোলনি
প্রোক প্রোক কাপ্পা তায় নক্কা কৈথেললোমদা
থা-য়াই খঙদনা চেন্নখি ফমলম্বা ময়ামদু
নোক্কবদি নত্তেকো-মখোঙ নাম্ম তেনবদুনা পাখৎতুনা চেনবদু।
খিত্রমাল্লে, উখিদ্রে অমুক নুমিৎতুগী তুংদা। ❑

# নিংশিংবা

নিংশিংবা, চৎথ্রোবা নহাক ইনাক্তগী
চৎথ্রো লাপ্ন মফম অসিদগী
করিগীনো নঙনা ঐবু ওৎলিবসিবু।

মমা কাইন' মৈচাক্লা কঙাওনরবা
তুশোন মাইশোন্নরবা থব্রায় অপিখকশিংসিগী
খকউ য়াদ্রবা পিরাংসিত নহাক্লনিকো।

খাংঙমদ্রবা মৈচাক মৈশা লক্তা
থেমজিনখিবনি ব্রাদ'শানা লৌনম মীনোক্লা
"ফরে, তোক্লা কাউনবা হোৎনরসি।"

অদুবু, অদুবু নিংশিংবা নঙনা
তৎতনা ওৎলবনা তারে অরেম্বা
হোৎনবা পুন্নমক চোকথরবা থব্রায়না।

ইহে তন্ন্রিঙৈ কায়ন' চৈথেং ফংদ্রিঙৈ
নিংশিংবা নঙতবু মরুপ ওইনিংখি
নহাক্তবু ইরাৎচখিবনি পরিক্ষা মতমদা

থল্লম্বনি মতমদো নংতনা লৈবীরবদি
লেঙদনা ইনাক্তা ওইগনি মীথোইবা
ওইগনি য়াইফবা পুন্সিগী ওইনা।

নাপন্ কাখি নঙসু মতমদুদদি
নোংমতা লাকপীখিদে হয়াও হয়াও
ফনা কৌজরবসু ফনা হায়জরবসু।

করিগীনো ঙসিনা অসুক নুংশিবীরিবা
করিগী ইনাক্তগী লাপথোকখো য়াদ্রিবা
পুম্নমক কাওথোক্লিংলবা থাদোক্লিংলবা পুংজাসিদা?

তিংখং তুম্বৌগী পুন্সি লম্বীসিদা
খোঙবু ওইরুবনি পন্থুং অমগীদমক
অদুবু চৎম্রে, চৎখ্রসনু কমদৌনি।

চৎখিগদবা ঙাক্কি মফমদুদা থিংঙমদনা
নিংথৌরেন ওইসনু চাক্লিবসু ওইসনু
চৎখি অতৈগুম্না আলেকজেন্দর আকবরসু।

চৎপ্রবদা অমুক হল্লক্করোইদবা খোঙচত্তা
হোৎনরিবনি মুখৎপা কায়ন' মৈচাক্তু ইখুৎমক্লা
তৈথোক্লিবা পীরাংনা চোৎল মায়থোংসি।

নিংশিংবা, করিগী মৈয়াঙলরি লোম্না
মীৎকুপ পুংজাগী লাক্কুনা ইনাক্তা
চাক্তারবগুম শাহিং চাবশিংনা অহিংদা

অচিকপদা কনা লৈত্র' মতমদা
নয়া লিশিং পান্দুনা হিংচাবীগী
তৌখিবগুম লাই খুৎশাংবীনা অদুঙৈগী।

কায়না মৈশা লাংলবশিংবু থিরগা
হঞ্জিন হঞ্জিন ওৎলগা নঙনা
মীনুংশি য়াওদ্রবা নঙগী অপেনবরা ?

সনথ্যার্তিগী কাংশি খোঞ্জেলনা লেপপ্রবদা
য়াচংবগী থুপকি মৈখুলক্তা তুলশিবুংগী
লাকনি নঙনা নাশোন পীক্লা।

মুনা মুনা য়েংলা মন্ত্রিবদুদা
ফিশেং শেৎতুনা বৃন্দারানী খুরুম্নিবীদুদা
চেৎনা থাগোম্নজরগা মবুংঙোবু নিংজরিবা।

থাবল ফরবা অহিংগী চিক্ক' পুংজাদা
লাকনি নরোই ননাও লোইননা
ওৎখায়রনি মিকুপ অমা পোৎথাহন্দনা।

লোৎলুবনি অচিকপা মফমদা তুমিন্না
নংতবু থেংনদনবা হোৎনবদা কিজবনা
লৈরম্মি মফমদুদসু লেংগোম্নরগা অচিকপদুগা।

নিংশিংবা, নঙতবু মায়থীবা পীনবা
খোমখিবনি মীচং মীয়াম তিনফমদা
খুনগী হরাওফমদা, সনা কৈথেন্দা।

য়াৎতে মফমদুদসু নহাক্কী মীচংদি
হংলকখি পোৎয়োনবী ইতৈমদুনা নুংশিনা
"করিগীনো ঙসিদি ইবেম্মদি লোইনরক্লেনা?"

খঙদ্রে, ঙাওরে কদাইদনো চৎকদবা
নহাক থেংনরোইদবা নহাক্না ওৎলোইদবা
চোকথরে কায়দ্রে চেন্দুনসু লোৎতুনসু।

ঙমখিদে নিংথৌরেন সাহাজহানসু মতমদুগী
নিংশিংবা নঙবু মায়থীবা পীবদি
নোংশারেন ওইথ্রবসু লানফম কয়াদা।

খাঙখি পীরাং পীরোইননা নিংঙমদনা
য়েংজরগা নুমিদাংয়াই খুদিং মোংফমদুদা
খুরবা থোঙনাওদা কৈশুমশঙগী কাদুগী

পিদোন্নবা নাব্রাওম লায়র' খাংপোকশঙগী
নুংঙৌগী ফুরা  মতোন্দু মশানৌগী
লিংখৎলক্লিবা ঙৌনা অশংবা উনারক্তগী।

ইরন্মি মীথোইরবশিংগী পুন্সিগী চেনাদা
"নত্তে চেনগদবা কিদুনা মায়থীরবগুম
মায়োক্লগদবনি খুদোংথীবদি নোক্লা নোক্লা।

থেংনগদবনি ইচং থৌনা নিংহন্নদনা
যেন্নবা থমদনা অব্রা' নুংঙাইদা
মদুনি পুন্সি হায়বদু মীওইবগী।" ❑

## মরৈবাক নিংবশিংগী মরৈবাক

খরনা হায়, নীং তম্বা ফংলে
য়াদে খরনা, নীং তম্বা ফংদ্রি
তানগনি ঐখোয় নীং তম্বা ফংনবা।
লাউরকই খরনা, তানগদবা নত্তে লৌগদবনি
নমদুনা মুন্দুনা ফোয়দুনা নীং তম্বদি।
নত্তে, অমত্তা নত্তে নখোয়না হায়রিবদু
চোংথোক্লকই অশিংবা পশিং থোকপা খর।
নীং তম্বদি শেমগদবনি ঐখোয়ময়াম্না।

খোইরেন মশা পাইরে শিংজুবুং লৈবাক্তু
নীং তম্বা মুন্নবদা মহৈ মহৈ
"ঐগী শরুক পীয়ু, ঐগীসু পীয়ু।"
থোঙ থীল্লকই তাংলৌ থেঙল' অহিংদুদা
চিক্লা মঙ তমজরিবা য়ুম্বুরেম্বগী ইমুংদুদা
"মীৎকপ থোক্লো চঙলশি নীংতম লাল।"

চঙলকই কাঙবু অমসু ইমুংদুমক্তদা য়ুম্বুরেম্বগী
লাউরকই নোং খাকপগুম অয়াকপা খোঞ্জেন্দা
"পৈশা পীয়ু, নীংতম্বা লৈরুনবা ঐখোয়গী।"
লাকই কাঙবু অমসু, অমসু,অমসু,
খঙনদে উনদে ঙাংনদে মখোয় অমত্তা
পান্দমদি চপ মায়ৈ মখোয় খুদিংমক
লম্বীসু খেন্নদে চৎলিবদু মখোয় গুম্নমক।

চৎলি, পংচৎতা চৎলি লৈরক্তা খুল্লক্তা
শুমাঙদা য়েন্নখাদা ফাওদুনা লমজাওদগী থৈদোক্লগা
শুক্ল মমল' অহিংদুদা মার মারগা।
লোইরে শলাক শারে য়ুম্বুরেম্বগী ইংখোন্দুদি
নেৎথৎলম্বগী থুদেক্লম্বগী য়ানথৎলম্বগী মখোয়না চৎপদা।

লাউরকই লমজাওদা অয়াকপা মাইক্তি খোঞ্জেন্দ
য়েৎতা ওইদা মায়কৈ শলাই খঙদনা।
মীৎকপ খোক্লকই কুম্ভকর্ন ময়াম নাখোক্লম্বদগী
খংগ্রেক খংনা অথাক অয়াওদুদা মীখলগী।
শরি শোল্লরি হিংচাবীশিংগু থাঙলেন চিক্লুনা
মচু শঙবা মেনিফেক্টো কোকথোং নারদুনা।
পাম্বোম তিংলরি পীরাং শিন্থররি গুন্তিরগী
তুহৎপীরবশিংগী পীদোল্লবশিংগী
মীমান্নব্রবশিংগী লৌমীগী শিন্নীগী।

ওইগ্রে লৈপাক্পী মপু শেল্লাও পায়বশিংতনা
তোল্লবশিংদি থমাইশিনগ্রে
চাউরবা সখীধানগী চেনারক্তা।
শরু পোলাংশিংসু থোক্লকই অমম্বা অহিংদুদা
ফক্লাইরগা মংখোঙ কুংল' মংফম ময়ামদুদগী
থিররি য়েংলরি লুখম ফাওনা কুৎল মীৎশিংদুনা
অমুক্তংদি খঙজনিংদুনা অমুক্তংদি উজনিংদুনা নীংতম্বদু।

পুন্নিল নিল্লে, নাকোং শীংজা য়ৈরে
লাউশিল্লকই ঐনা মফরে ঐনা মহেনলে।
খোংগৎলকই লমহুই ময়াম্বসু অনকপা মোংশোংদগী
লুমলরি চাগদবগী শদোংদু শাদুম্বা নোংশানা।
শকলোংপা পজিগী কুরিংখাও চম্নশিংদু

য়োল্লরি সনা মচু শঙবা কোরিগী লৈতেংশিং
থকহল্লরি মমীৎ, কেজবা পামজবী শকহেনবীশিংদুদা
শারি জগোই ইনথৎলকপশিংনা লিক্লি মচেৎ থক্তা
তাস্থা চানবা নীংতম উতোংদগী সুরদুগা।

ওইগ্রে য়াজনিতি, পারি পুরি কৈরাক থাবশিংতগী
মরল ওইগ্রে মখোয়তগী নবরত্ন ভারত রত্ন
শীনগ্রে কাচিন কোজা নিংশিং খুভজা মখোয়তগী
লুপগ্রে লৈয়োন চনগ্রে অখৌবশিংগী মিংলেন্দি
কংখোকপদনা মখৌ ওইগ্রবশিং মরৈবাক্লিদমক, মীয়ামগীদমক।

সনা কোনুংগী লম্পাক্কু চোগ্নে মীতনা
শারি লৈশেম জগোই লৈমা জগোয়
শিলভর জুবিলিগী গোলদন জুবিলিগী নীংতম্বগী
খুবাক খুরি শানৈ য়ুনৈরি নুংঙাইবমী।
নাহেরি অনাবদু মথল্লা খাংপোকশঙদুদা
ঙাইহিরি হল্লকপা পিক্লিবা মচাদু চৎখিবা চন্না তানবা।
লদবনা কংশি শিগ্রবা মচাশিংদু য়েংঙমদা
মদোম আম্বাঘাৎ তৌজগ্রবা অশিবদু খাংপোকশঙগী
পুথরকই মীরেলশঙদগী সনা লমজাওদুদা নীংতম লৈবাক্লি।

চেংপোৎতু খাওজাওদগী পুরক্লিবা মীৎতাংবা ভিক্ষারিদুনা
হৈজিনখ্রে ঙম্না অহোবা চেঙফুদুদা য়োংয়ামগী।
মবুক থনজরে লৈকংলাগী উৎ ময়ামদুসু
থকচিনজরগা মখয়াৎতগী থোক্লকপা অশাবা ঈখেংদু
নারক্লি শাইতিংখং খৌবোম থন্না শাইরগা।
ফুথরি উৎসোব মখেল লুকোইগী পুকনোইবশিংদুনা
মুন্নরি লাক্লরি চঙমশিংদু মখোয়না চাবগী
মপী য়াওদ্র' যন্নাওশিংদুনা চন্না নোংখাংনবা।

চোংথোক্লকই মমায় খুম্বা ফৌমায় চাবশিং
অমুবা মচুগী শেজাও খুদাংদা য়াম্লগা
ব্রায়েন্নরি-মান্নবা খুম্নাই, মান্নবা চাকথুং
লাউরি-''ইনক্লিলাব জিন্দাবাদ ইনকিলাব জিন্দাবাদ''
চেনশিন্নকই চোংশিন্নকই লানঙম ফিরাল পায়হৌনবা।
ইহে, হাইথপ্রে ওয়া খুৎতুম শীংলম্বশিংদু
ঈথেং শঙখ্রে লৈমায়দু অঙম তান্নবদা।
থেৎহৌরে পজেং ফিরালদি ফৌমায় চাবীশিংদুনা
কৈশালশিংদুনা কৈজেংলাংদুনা লমহুইশিংদুনা মকোম্নুংদা ঙংলম্বা
মুন্নদুনা লাক্লদুনা শেৎনদুনা মখোয় মশেল।
নিলহৌরি তেংথাখোলতনা শিগ্রবশিংগী ইমুংদা, লৈকাইদা।
পুহৌই পোৎলুম মীয়াম্না নম্বো পোদুনা
শেনখায়গী পীদ' য়াদবা নিংশিং কুমওনগী
শেমগৎ শাগৎপগী লৈতেংগী নিংশিং খুভমদা।

ব্রাংখৎলকই ময়ুম লেপশিন্নকই মরল ফৌমাই চাবীশিংগী
ব্রাংতে মখোয়গীদি তম্ফা খুদোপ হুনবদা
সনাসু লুপাসু মীয়ামগী লৈবাক্তি মিংদা।
ব্রারে মশীং থীবদা জিংখৎলকইবা লুপশিংদু
য়াইফনবগীদমকলৈবাক্তি, মীয়ামগী, অন্নবশিংগী, মহৈরোইশিংগী
মরৈবাক নিংবশিংনা য়োম্নবা নীংতম লৈবাক্তুদা। ☐

## পৈশা

পৈশা, নহাকশি শক্লোন য়াম্বীনি
মীনুংশি চাওবীনি, মীশেম্বীনি, মীহাৎপীনি।
লৈতে নহাক্না ঙমদবা মালেমসিদা
কপহল্লি, নোকহল্লি, খৎনহল্লি, হাৎনহল্লি
পুম্নমক নহাক্কি খুৎসেম ঙাক্তনি।
নহাক্কনি বিগ্যানগী মতিং ফুদোক্লরিবা
মীওইবনা থাগী লৈমায়দা খোঙদারুরিবা
জীববু শেম্বীবা ঙম্বা ঈশ্বরগুম্না
অমনবা থব্রায় শিন্দোক্তুনা অহনবনা
শিরগদবা পুন্সি কয়া কল্লিবসিসু।
তেংথাখোলতনা মালেম নিকহল্লিবসু নহাক্কনি
এতোম হাইড্রোজেন ন্যুক্লার বোম্বনি
তমথীরবা থাঙফম হকখ্রিবা জিবশিংগী থম্মোয়দা
মুৎনাইররোইদবা কাউঙন্নরোইদবা থৌদোক্তু মীওইবনা।
মরুপ্নি নহাকসি ইনাক্তা লৈরিঙে
হায়রিখে য়াবা তৌরিখে ঙম্বা।
লৈথোকখিবদা ইফমদগী ওইদ্রে মীগী
য়ারোই ঙাংলুবা তারোই হায়রুবদা
তাউবগুম মপুনা হায়রিখে য়াবা
চিক্লক্তনি অনৌবা মপুনা থৌজিনবদা।
নহাকপু ফংনবনি শুরিবা নোঙ্গ্রিবা
শরু শয়াং তেকপা কিদখে
শিবা চঙবা নাচুংবা পোক্তখে
ইকাই ফিরুক খুমগনি খন্দখে।

অসুক্তি নতিক লৈরগা নহাকসে
নুংশিবী, খল্লুবদা নপুন্সিদু নহাক্কি।
মীখা পোম্না হৌরগা পোকপদগী
মীখা পোম্না অদুম লোইশ্লনি
ইনশিল্লিখে য়াবা মপুগী মনাইগুম
থৌজিল্লিখে চৎপা শাদানবগী হূইগুম।
লৈতুমগুম নদোম লেঙবা ঙমজদবা
নূংদুমগুম অতোপ্পনা থাংদোক্লিখে লেঙঙরোইদবা
ঙমজদে নহাক্লা করিসু তৌজবা
অতোপ্পগী মতেং য়াওদনা নথস্তা
নতিক নগুন ফনা লৈজদুনসু।
পোকপিরকপনি নহাকসি মীওইবা খুম্নাইনা
শেম্বিরকপনি নহাকপু চাওনবা মথোয়তনা
'দুবু খঙদে নহাক্তি তৌবিমল
ওৎখাইনবত হোৎনৈ শেম্বীবা মপুবু
লায়রবা ইনাক খুনবা থায়দোক্তুনা
অচৌ শিশক অনেম অন্নাং
মান্নদবা শেমদুনা শান্তিবু থুগাইনবা।
লোইরে শলাক শাম্লে নহাকথক
মচিন মনাও মপা মচা
ওইহল্লে য়েক্লবা নহাক্কি হাকন্দা
লমহেন্ন' মচাগুম ব্রায়ক্ত' ইমুংগী।
নরমচৎতুমক্কি লৌরিবা নঙনা শেম্বিবশিংসে
মীয়ামগী মীহুৎ ওইনা মীথলদা
লৈঙাকপশিংসে নপান তাংনা ওইখিবা। ❑

## ইতিহাস খোঙ্গুল লিবা

ইতিহাস?
মাম্নি, ইতিহাসনি।
অহল ওইরে, য়াম্না অহল ওইরে
মউন খুইরে মঙৈ নিক্রে
মকোক্তা মশম হৌদ্রে
ময়াদি পুম্নাল
কোস্থরকইবা মখ্বাংদু মকোক্না পৈমায় শোক্কদৌরে।
অকংবা য়েংথৌ মতেক্তু না চৈন্ত ওই
চৎলি কাফে কাফে চহি ফাদ্রি' নাব্রাগুম।
মমিৎতি মশেন মরাং উরিমাল্লে
য়েংলি কোইরৈ লৈদুনা
খগুনিংবা অমা থিবগুম।
ফংদ্রমাল্লে ফমথৈ
মথদাংনা খুকউ অনীদা শৌরদুনা
শদৌ থোংল নুংশাম্বোরদু হন্দোক্ল'
মমীৎ উশিন্দুনা ঙাইহাক পোথার' তুং
চৎলি অমুক তুরোই ঙাল্রোই হান্নগুম।
মীনা চিক্ল চাইনবা ঙমদে মফমদু
অথৌবশিংগী নিংশিং কুমওন য়াওবা লাকপশিংনা
চৎলি হনুবদু শদৌ থোংনা মীরক খায়না।
য়েংলুদে কনানসু হনুবদুদা
হংলুদে কনা অমত্তনা কদাইদনো কৈদৌবনো
মোৎতাইনবা তনৌ তনৌরিবা অঙাং অমদি
হংলি চঙশিল্লক্লুনা হনুবদুদা

"ইপু কদাইদগীনো কৈদৌবা চৎলিনো?"
খুমদে অহন্দু চৎলি অদুম
মকোক লুকথদুনা য়েংথৌ মতেক্কি চৈশুদুগা
অনীরক শুবা ৱাহংদনি
হনুবদু চৈশু শৌরগা খজিক্তং তিংখৎলʼ য়েংখৎলকই
"ইশুনুপা মসিবু ইতিহাসকি লম্পাক নত্রা?"
চৎখি পাউখুম ঙাইদনা মখা থংবগী লম্পাক মচাদুদা।
"ইপু মফমদুদি ফত্ত হাওদি হৈদোকফম্নি চংলুনু।"
লেপ্তে, চংখি হনুবদু শোংলʼ নাপী মরক্তুদা
মনঙন্দা পোরʼ পুরকপা লৈশিংদু
খুজোক থম্না পায়রʼ থিরি কাদাইদনো চাইথগদবা।
ফনা কুইনা থিরʼতুং ফংম্রমাল্লে
থোকম্রে হনুবদু মুরুম মুরুম শোল্লʼ
"মফমসিমক্তদনি ইখুৎমক্লা মৈ চুখিবা
কথোক্লবা অথৌবশিংগী থৱায় য়াওম্র হকচাংদু,
ফংম্রেদনা থিবা মফমদু অশেংবা
থমহৌম্রবনিনা লেঙম্রবা খুদম চাংদম
লৈত্রবনিনা চাদা নাওদা মখোঙ শোয়্বীনবা।"
চাইথরম্রে মখুৎতা পাইরিবা লৈশিংদু
মীয়াম্না খুরুম্নরিবা সতি মৈকিবিগী সনা খোংনাংদুদা।
মশা মরেংনা শল্লবা মৈকিবি খোংনাংদু য়েংলʼ
নোকফেৎ হায়রকই হনুবদু—
"নাথৈম্রʼ ইতিহাসসিনা ওইহৌরনিদো
অশেংবা মরল তুংগী মীরোলগী।"
দং-দং-দং গন সেলুৎকি মখোলনি
অথৌবশিংগী নিংশিং নুমিৎকি নুমিদাংৱাইদুদা। □

## জপান লাল

নোংমাইজিংনি—

কালেন থাগী নুংশানি
অয়ুক্তি চাকচামাঙনি
লৈচিন নোংফাই থাংদে।

নোংথক্তা—

ড্ডুং ড্ডুং ড্ডুং
অমা অনি অহুম
নিপান মাপন তরা।

লেমায়দা-

দ্রং দ্রং দ্রং
নিকখি প্পক প্পক
চেনশিন্নে ইমুংদা কাঙ্খ্রদা।

পোকখাইফমদা-

খোঙ খুৎ মতৎ মতৎ
কোক মচেৎ পুক মচেৎ
পুংচাই চাইরি ঈ মরক্তা।

লৈকাইদা—

খোইরেন মশা পাইরে
লান চেন্নবা হোৎনবদা
শাফগদবা মফমদা

নুমিদাংব্রাইরমদা—

নম্বোগা নম্বোগা
অশোন অনা কয়াগা
গাড়ি লৈবনা গাড়িদা লৈতবনা খোঙনা।

কদাইদা—

পঙদে পন্থুংফম
থিরুদৌরিনি চংজফম
নুমিদাংব্রাইশিনা অহিংগা শিন্নদ্রিঙৈ।

ইপা পাখৎনা—

চৎনৈ পংচৎতা হাথু হাথুনা
য়েংনদে কৌনদে ঙাংনদে
নাক-য়েৎ তুং-মাঙ চৎনরিবশিংদু।

চেক্লা অনিখক্তি—

ঙানু থঙ্গোং মতৈ মনাওনি
লমজাও ময়াগী পুশ্নিদুদা
মঙক নোম্ন কেনরি।

লৈরাইদা তরক্লা হৌবা লফুদুসু—

মকা ফম্না লাতোন্দু
জগোই শারি হাই হুম্না
নামিবা নুংশিৎতা নুমিদাংব্রাইদুমক্তি। ❑

## অদুঙৈগী য়াওশঙদু

ব্রারীনি ব্রারী
অদুঙৈগী ইবেনবোক্লা লৈশারিঙৈগী ব্রারী।
চহিগী পোৎলুম্না কোস্থরবীদু লৈমন চম্লক্ল' মতাংনি
মাঙদরি ঙসিসু লৈহাউ লৈরেন ঙমজবী কুচুদুদি
লৈরি খুদম কয়ামসু লম য়ৌনা ফজরম্বগী
শোম্নরি ঙসিসু উহৌবশিংনা-
"ফজরম্বনিদা লৈশারিঙৈদো মানা"
কোইরপ তাবী রাশি লৈবী মায়থোং
ইনখৎলকপগী মপুং মরৈ ফারবা হকচাং
চরৈমকপু তেমশিংনা মতম্না হোংলকপা কায়াৎশিং
ইকাই ইকাই পুজরিবী চেংলবা খ্বাং
ফল্লপ তৌবা নিংদু শম্না কুপ্লিবী
মুনা লেং লেং চৎপা শময়াম
য়াওখিদে কল্লক্তবা অউবা খুদিংনা।
ফাইরেন পঞ্চমি য়ৌরকঙৈ কুম অমগী
উরেং ফনেক অমা শেৎ, ঈশিং মচু' ইন্নফিদুগা
পিথ্রাই কোম্পাক খুদোংনা
সিধা থিনবা চৎপদু লাইশংদা
য়েংহৌই মিতানা মচা মমৌ ওইজনিংবা কয়ানা।
হে মতম !
লুপশ্রেদো ঙম্না ঙসিদি নঙগী খায়াৎনুংদা
চৎখ্রে নঙদি অমুক উন্নবা ফংলরোইদবা মফমদা।
অদুবু লৈহৌরি ময়েক লানা
নিংশিংবগী য়ুখন্দা মুৎনাইদনা

হন্নকউ য়াররোইদবা হৌগ্রবা মতমগী থৌদোকশিংদু।
তরামরিনি পানবা থাজগী মঙাম্না লমতাগী
কুপপ্রে মালেমসি অঙৌবা ইন্নফিনা পারবা লশিংমফোনগী
তাখিদরে খোঙ্গেল অঙাংশিংগী লৈরক কোনসাং নিল্লম্বা
য়ুমথোঙ খুদিং চঙদুনা শক্লম্বা
"ঙারি ভোজোরে উতোঙা ভোজোরে
লৈতে নুংদে হায়গনু অরে অরেবা হাপতোকউ।"
লোইশিনপ্রে ইবেনবোকসু মালাযব বৃন্দারানী পরিক্রমা
লীবীরি ব্রারী মশুশিংদা কোয়না ফম্ন' তুলশিবুংদা
হরি ভক্তিদা য়ুম্ফম ওইবা

তিল্ল সংক্রান্তি নুমিৎতু
পুল্লি মৌগী কাঙবু পাখং লৈশাগী কাঙবু
হরাও তয়াম্না চামিম্নে কাংশুবী
লিক্কোন শাম্নে অহিং থেঙলফাও
ফাগি হৈবনা ফাগি তৌ ঈশৈ হৈবনা ঈশৈ শক
ইচম চম্মে লৈশা পাখংশিংদো ব্রাহে কারন ঙাংনদে
হৌরে নুমিৎসিদগী য়াওশঙগী থৌরাং তৌবা।
শিম্থা লেপনা ব্রাতাম্নে লৈশা ময়াম।
ইনে হৈঙান য়োনবীগীদা
থাবল চোংফমগী, ইশৈ হনবীনবগী, থাওমৈ ব্রায়বগী।
পাখং শরি খোইমুদু
কুচু কয়া পান্দ্রসু মচুম তাই কেজবদদি
খোঞ্জেন মেংঙি শাওগন্দে ঙাংবদা লৈতোন শেংঙি
লৈকাই লাম্না নেক্কে থাবল ইশৈ হনবগী
তাম্নে লৈশাশিংনা মাতবু।
চম্না ঙাওজবী চিগোংলৈনা মঙক পৈথরপ য়েংল হায়রকই—
"তা খোইমুবু য়ুবী লাকপিশুম তান্নরিশিংসি য়ামখ্রেনে
ইনম্মা ওইহন্নিংবা অমফাও য়াওদ্রব্রো? ব্রা ব্রা নোকমিম্নে। ☐

চীংনুং মানুং লমদম তাম্না শেন্দানবা চৎলুবা য়াওশংগী
হন্নরকই ঙম্না য়াওশং কুম্মে নংনবা ঙাইনরিবা মচা মশুনা।
ঙাঙ্গানবা পুনীমাগী থাজদু
লোইরোই কাখৎলকই নোংপোক চীংদোন্দগী
খুনগী লমপাক্ত শান্নিবা য়াওশং
কোইশিল্লি ভক্ত কৈষ্ণব নুপী অঙাংনা
শক্লি হরিগী মিংখৈ "হরিবোল্লা হে হোরি"
চুখৎনরকই মৈ মথং মথং।
অকনবীনি পিচকারি নুমিৎ,
নাখ থেংঙি অঙাংশিংনা য়ুমথোঙ খুদিং চংদুনা
ফি-মুল্লি অচৎ অওকশিংদগী পুংকক চাওরবীশিংনা
আবের তৈনৈ পাখং লৈশাশিংনা হৈকোন লৈকোন্দ
হৈখা মপান চুব্রে মপান কফোই মপান শাৎলিবা।
ইরুমিন্নে পুল্লপ পুল্লপ খুনগী পুম্রি অচৌবদা
শংব্রে, চরোৎ মরাগী চেঙহিনা আবেরনা ঙাংলবা মশমদু
য়াওই পাখংশিংশু লৈশাশিংগী খুদৈ মতেক শেৎতুনা।
কেনা থোক্লকই নুমিদাংব্রাইদা লৈ নচোম থেৎতুনা নাপদা
চামিন্নে শিংজু বোরা অব্রাথবী হৈঙান মন্দ্রা হৈঙান
ইনেগী পোৎফমদা পাখংশিংগা আবের তৈমিন্নরুবা
ব্রারেপ্পে, উন্নসি নুমিদাং থাবল চোংফমদা
চেন্নরোইশি লোইদ্রিফাও।
য়েম্নিং থাগী পুক্লিং নৌনা নুংঙাইজবা য়াওশঙদু
লোইখিনু য়াদে য়ৌশিল্লকই মিকোন থাগোনবা তরুক্লি চনবা নুমিৎকি
তয়াং তশোইরকই শিন্থা লেপ্পা হরাওজরম্বদু
লোইখিনি খনবদা নৌরকই পুক্লিং
তা' খোইমুগী মিকোন থাগোনবগী ঈশৈদুদা।
চোংঙি অহিং থেঙলফাও নুমিৎতুদি অরোইবগী
থাদোক্লদে খুজেং পাল্লোইনা নাপা চিক্লা ব্রারেপ্পে "কাউনরোইসি"।

থিনজিনবীরম্মি পাখঙশিংনা মশানৌ ওইবীশিংদু খরাই থোঙ্গান ফাও উরিখৈ য়েংজহৌই নুরা মনেমচাশিংসু মশানৌনা চৎখিবদু তরক্লা থেংলবা অহিংগী থাবলনা ব্রাখোঙ লোনবদা।
মচিন য়াংবী রেনুদু হংলকই মরেংবান কোল্লগা মবোক্তি—
"ইবোক নঙনা লৈশারিঙৈদা নুংশিনবা পাখং লৈখিব্রা?"
"অঙাওবীসিদি"— ইশি শিনা নোকই—
লৈখি, পৎ তৎনা নুংশিনখি পাখংদু
অদুবু থুংনখিদে, ইমা ইপানা থাজবদা য়াখি।
শকখঙনদবা নোই' পুপুদা লৈররিসিনি।"
কায়নখি নুংশি নুংশিনা কায়রবা থম্মোয় থেমজিন্নদুনা
কপমিন্নখি অহিং চুপ্পা লিক্লোন শান্নফমদা মেরা ব্রাফুকপা নুমিৎকি।
পাওমেন্নখি পীরাং পীরোইম্না নোংঙান্নমদাই ঈচিক হন্নকপদা
"হন্দক মপোক্তদি থুংনদ্রে
মথংগী মপোক্তা নহাক্তি সেবা ফংজগেকো"।
লমজাওরোমদগী মাইক্তা লাউরকই
মীহাৎ মীপুনগী তেংথাখোল মরকসিদা থাবল চোংবা য়ারোই।
মুরুম মুরুম শোল্লকই রেনুদু খোয়শাওননা,
"অব্রাং লৈকাইগী কাকয়েনবনি লাউরিসি
মোইসিনি উমংলাই হরাওবদা অহিং চুপ্পা চোংবদু।"
চঙখ্রে ইবোক্তু হরে কৃষ্ণ শোল্লগা মঙশিংনা শমদুনা
চিক্লা ঙালহৌরি তরামরিনি পানবা থাজদি লমতাগী। ❑

## চাওখৎ থৌরাংগী থবক

মশা খিংঙি মন্ত্রিদু
মচিন তুমখৎলকই ময়াম মরক্তগী
থবক য়াম্না তৌবগীদমক।
পাঙথোকই মীফম, থা খুদিংগী
মীয়ামগী অপাম পামদ খঙনবা।
ফনা চাউই মন্ত্রিগী কাদু
থেৎলি ফক্লাংদা শক্তম অমা
য়েংঙি ময়ামদু খঙবোই খঙদবোই শক্তমদুদা।
শেংলে, মকোক্তি লমহূইনি
হায়ফম খঙদে মশাদুদি
মী মানবগুমসু তৌই মতুসু চোম্মি।
ইরি মখাদা শক্তমদুগী
"লৌশিংনা অথোইবনি পুম্নমক্তগী
লৌশিংগী পুক্কেদি লমহূইনি।"
সনাগী তাঙবলদুগী মথক্তা
ইরি সনাগী ময়েক্লা
"সত্য মেভ য়য়তে"
অচুম্বতনা মায় পাকই।
ময়া য়াওদ্রবী হনুবীদো
চহিগী পোৎলুমনা কোম্বুরে
মমীৎতি ফজনা উরিমাল্লে
মুম্না য়েংঙি শক্তমদুদা
পারি ইরিবা ময়েকশিংদু।
নোক্লকই মচিনবান ইকোপ কোপ্না।

লেপ্তে নোকই শিথ শিথনা
খুদোঙ্গী থিল্লগা শক্তমদুদা, ময়েক্তুদা।
হংনদে কনাসু করিগী নোক্লিবা ?
হায়রক্তে হনুবীদুসু নোকপগী মরম।
খওবদি মাল্লি ময়ামদু
নোকপগী মরম হংজুদ্রবসু
হায়দোক্লক্রবসু, হনুবীদুনা।
কুইরে ঙাইরিবদু মীয়াম্না
ব্রাকৎকি নম্বো অমমমগা।
হল্লসিরা খন্নবা মতাংদনি
চঙলকই মন্ত্রিদু মখুৎ লোয়না
লোইন খমইনগা লোয়ননা
"ব্রারৌবীবা য়াদে ময়াম
শঙ্গাবা অমা চৎলুবদা থেঙদোকপ্রে।"
ব্রাহৌদোক খরা ঙাংলবা তুং
পাথরকই মন্ত্রিনা মথং মথং
পাঙথোকপ্রবা থবকশিং
পায়খৎলক্কদবা কয়া অমা।
মদুনবু থবক্তা ওস্থোক্লবা
শোয়দ্রে ইরমদম নুংঙাইবা
ওইরনি সোরারেনগী লৈবাক।
উৎলকই মতিংসু মন্ত্রিগী
শেংনা থবক তৌনবগী
লোয়ননা নিরকই মীয়ামদগী
কো-ওপরেসন সজেসন।
কিশি থোক্লরকই মহৈ মহৈ
ব্রাকৎকি নম্বো ময়ামদু
পাঙথোক্কনি ব্রাশকখিবা মীখল মতমদা।

কন্নপ তকথৎলকই নহাদুদি
“শেনজা থুমজা য়ারোই হায়বীখিদুবু ...?”
ক্রি-ইং ক্রি-ইং তেলিফোন পায়খৎলি মন্ত্রি
“হেল্লো, করি? থোং তেকএ হায়বা!!
মী কয়া শিরবা?
ফুক হৌগৎলি মন্ত্রিদু
মথুৎ লোম্ন’ হায়রকই
ময়াম ঙসিদি স্বাইদা লোইশিন্নসি।
হাথু-হাথু থোকম্রে মন্ত্রিদু।
মাগী পিঃএঃ চঙল’ হায়রৈ—
মন্নিনা ঙসাই শঙ্গারুবা থোংদ তেকপৈ পাও। ❑

# বিগ্যানদগী সৈতান

***"This is a fool's civilisation,***
***do not try to excuse in anyway,***
***only posterity will be able to judge it properly."***
***— Mark twain.***

নুংশিবা য়াওল্লো, ননাওগী শাইনোন ননভ্রমাল্লে
খঙদবা পলেম খঙলগনি, তারমদবা পল্লৌসু তারগনি।
তাখিদরে নুরা ইনেমচাগী মেঙনা নুংফাওনবা নুংশি শৈহেক।
ইনুং সোরা তৈরক্লে কাক্কি লানবাউ চেল্লক্লে
চরোই তেতু খোংলক্লে নোংপোক মায়কৈ ঙাল্লক্লে
তাখিদরে নাব্রা মহৈরোইগী শৈরেং পারম্বা।
চিংজিন মতম য়ৌরকপা কুমগী নোংনা ফুদিৎ ফু
নোংনা ঙানফুং তৌরকপা ষনপোৎ লাঙ্গোল মাঙদা থা
খ্বাঙদা খুদৈ খোঙদা খুগ্রাং খুৎতা শাজৈ
অর অর টিত্তি টিত্তি লৌবুক পুমনিল নিল্লম্বা
শিনথ্রে ঙসিদি য়াক্লবা ইঞ্জিনগী মখোলতনা।
তাখিদরে নুজা ওইবীশিংগী নুমিদাং ব্রাইগী ফৌঙ ঈশৈঙ
মেরা থাগী পুর্ণিমা থাবলনা ফিঙৌ ফৌরিবা
য়ুমগী মৌ ওইবীশিংনা নুমিদাংগী শিঙ্খা লোইরগা
মচে মনাও কৌথোক্লা য়ুমজাও মাঙ্গোন্দা ফম্মিন্না
হরাও তয়াম ব্রারীনা নুংশি চান্নরা ছিংমিন্নরম্বা
নাব্রা ওইরিবশিংদুনা থাবলগী মঙালদা নুংঙাইনা শান্নজরম্বা
ফিব্বুল-হাবী অমাং-কৈরোই
নিনথ্রে ঙসিদি মীকপ মীরাওখোলতনা
চেনগুম চেনগানরে, কৈদৌঙেনো ঐগী পাল্লি লাক্কদবা।
পোকথায়খি বোমজাও অমা অব্রাংগী বাবুচৌবগীদা

থক থক নিক্লখি অকোয়বদা লৈরিবশিংদু কিবনা
ফমখি ব্লাকৎ মীফম ব্লাইকুপ পূবীশিং শিন্থা লেপ্তুনা
হংনরুই চুদৎনরবশিংনা নুঙাইবীদদুনা 'করি করম তৌবনো?
লৈরম্মী বাবুচৌবগী ইমুংদদি মহৌশা মহৌশাগুম থৌশাদনা।
লেপ্তে শাগৎপসু বাবুচৌবগী য়ুমদু মথোল মথোল
লেপশিল্লকই লৈশিল্লকই লৌ ইংখোল মান-চাং মচা মশুগী মিংদা
য়াওদে লৈতবা বাবুচৌবগীদা অনৌবা অমত্তং পুথোক্লকপদা।
খূরুপ থানরি জাতি খুদিংনা লমজেন্দা চাওখৎপগী
পুথোক্লরক্লি অনৌবা অঙকপা কয়া বিগ্যান হৈবশিংনা
লাইমক্লা থুক্লনি উরুবদা ঙসিগী বিগ্যানগী পোৎথোকশিং
মৈ ঈশিং নুংশিৎ শীজিন্নবা ঙমখিবা অদুঙৈগী রাবোন্দু
ইকাই ফিরুক্লগনি ঙসিগী বিগ্যান হৈবশিংগী মাঙদা।
লেপ্পা লৈত্রি মীথোই মীহেল্লবশিংগী কোকলেনগী থবক্তি
হংলি মথন্নতা ঙমখে লৈত্র' মালংদা য়েংখৎলগা
"নহাক্তরা পৃথিবী, থব্রায় পানবশিংগী লৈফম ওইরিবসি?
য়াওদ্রব্রা নঙগুম্বী মশীং থীঙমদ্রবা থব্রানশিংগী মরক্তা?"
থিরি হূমলি রোকেৎ স্পুটনিক সেটিলাইত এয়রক্রাফট থাদোক্তুনা।
ময়ামসিগী মৈখুনা মমপ্রে নোংথকসি থাশিগী অহিংগুম্না।
করাম চাউবা কয়ানা হয়াও মথোই কারি
জগোই শারি ঈশৈ শক্লি শানৈ য়ুনৈরি
মায় পাকপগী চাংয়েংদা অনৌব মীহাৎ খুৎলাইগী।
জগোই শামিন্নরিঙৈ অপশরাশিংগা নুংঙাইনা সোরারেনগী লৈকোন্দা
কাউথোকখ্রে খোয়রি লিনশাংগী ফুম্ফমদি লৈনুংদনি হায়বা।
মকোক্তা মশম হৌবা ঙমদ্রবা কোকতাঙবা অমদি
য়েংলি অহিং নুংথিল তূমদনা মাগী লেবোরেটরিগী কাদা ফন্নগা
উরমাল্লে মকোক য়াওদ্রবা নারায়ন কোটি তরেৎতু কুরুক্ষেত্রগী
তেংথারকই অঙাওবগুম মচিন্দা মুরুম মুরুম শোল্লগা
"নুংশিখ্রেদা মীওইবা, গ্রহসিদগী কাঙখুল মুৎপ্রগদবা নখোয়সে।"

খোংদাইনা ফিরেল ওই ফিমন শেৎপা মোৎতাইনবশিংদু
লাউরকই খোইশাওননা অয়াকপা খোঞ্জেন্দা মায়কৈ নিন্না মথুৎ খল্লা'
হে বিগ্যান হৈরবা মীথোইবশা, মশক্তদি উহল্লদনা ঐখোয়বুসু
নখোয়না পুথোকপা মীওইবগী য়াইফনবা পোৎশিংদু
হিংলি ঐখোয়দি ঙসিসু ইব অমসুং অদামগুম্না
ঙাক্নি শক্তম পারি পুরিগী লৈকুৎ লৈরাইদা লৈরম্বা।
হিংখোরা ঐখোয়বু অসুম্না মতিক লৈবা থরগী নিংথৌ ওইনবা?
তাম্না তারকই খোঞ্জেল অমসু নান্না ওইরিবশিংগী—
মীথোইরবা ইপা-ইপুশিং, খুরুমজরি ইকোক নোম্না
লোইনাইদবা নখোয়গী কোক্নি পুক্নেদগী পুথোক্লক্নিবা অঙকপশিং
মণিগী মণি ঙাক্তনি ঐখোয়গীদি লাইমক্লসু পীবা ঙন্নরোইদবা।
অদুবু, তাবিয়ু ব্রাকৎশিমত্তংদি ঐখোয়গী মিপাইরবা থম্মোয়গী
তোকপীরো নখোয়গী চাংয়েং মহৌশা ইমাবু শীংনগদবা
লেপ্নিরো খুৎলাইগী লমজেল উৎ ওলহনগদবা থব্রায় পানবশিংবু
ওইহৌদনবা মীওইবগী মোংফম নখোয়না শেমগৎলম্বা মালেমসি
পামজদে ফুরা দলান কিস্থখিগদবা লৈরবদি নোংঙানবগা
হিংজহৌখিগে ইংনা চিক্না মহৌশা ইমাগা লোয়ননা
ঈশৈ শক্ল শক্লা য়াম তকপা ইয়াম্বদুগ 'দি' তুরেলগী খোঙবান্দা
"ঐনা কনাবু কল্লকউদে ঐবুসু কনানা কল্লকপীদে।" ☐

## কুরুক্ষেত্রদা থাবল চোংবা

খোঙদারক্লে ঋতু রাজ বসন্ত
পুমশং শংলে মালেমসে
অনৌবা য়েন্নিংনা হৈশাল লৈপালগী
হৈনৌ মপান, হৈখা মপান,
চুম্ব্রে মপান, কফোই মপান,
পূক্লিং হুরে য়েংবদা।
লেঙখোক্লকই রুকমনি সত্যভামানচিংবী
ইবেম্মশিং শ্রী কৃষ্ণগী
নুমিদাংব্রাই হব্রা চাবা
রাজপথদা দ্বারকাগী
ইঙনা চিক্লা মনাই মশন খরগা।

মহাভারতকি লাঞ্জাও লোইখিঙৈ
লেনফম খঙদে নারদদু
অমদা কোক অমদা কাক
শাউনহনবা ফুনহনবা খৎনহনবা
ইমুং মনুংদা কৈরোই লৈকাইদা
মরুপ মপাংদা থেংন থেংনরুবা
নুংঙাইজবীনি মহাক্কি
চিনজবনি মথৌ মদুগীদমক।
য়ৌনিংবদা য়ৌই
স্বর্গ মর্ত্ত পাটাল
মরোল তারামরি
মাগী বীনা যন্ত্রদুগা
''নারায়ন নারায়ন।''

দ্বারকাগী ইবেম্মশিং উবদা
খল্লকই নারদ কুম্মে য়েংলগে
শীল্লগে থাবল চোংনবা
কৃষ্ণগী লৈমা লিশিং তরামাথোইগা
মর্তদা খুন্দারিবা লাইরেম্বা ময়াম
লাইরেম্বীশিংগা লোয়ননা।
কদোমদনো দেবশ্রী ?
কৌবীরকই লৈমশিংনা।
খুরুমজরি ইবেম্মশিং
শ্রীকৃষ্ণ দর্শন লাকচবনি।
নবুংঙোদি মতাও অর্জুনগা
লেঙথোকখি গরুর তোংলগা
তাকপীরমদে কৈদনোদি।
তাঙ্গা ফংলে নারদদু
মোমোন নোক্ল' হায়রকই—
হৌজিক্তা লাকপনি ঐহাক
সোরারেনগী কোনুংদগী,
খৌরাংহৌই থাবল চোংনবা
স্বর্গদা অপসারাশিংনা
লুচিংলগা ইবেম্মা ইন্দ্রানিনা।
হায়হৌই বার্তন কৎকনি
লুচিংবীনবা কৃষ্ণনা নুপালক্তা।
থম্মোয় নিক্লা শাওরকই রুকমনি
নীংশিংলকই লৈরাং পারিজাৎকি ব্রাথোক
নারদ য়েংল' হায়রকই—
হৌজিকমক চৎপীরু দেবশ্রী
ইন্দ্রপ্রস্থ কোনুংদা যুধিষ্ঠিরগী
হায়বীরু মন্ত্রি ভিমদা

থাবল চোংনি কুরু ক্ষেত্রদা
নুমিৎতুমক্তদা
থাবল চোংগদবা স্বর্গদা।
নারদগি পাউদুদা মকোক শাই ভিমদু
চঙগদবা শেনয়ামদুগী খল্লুবদা
কৃষ্ণংনবা হোৎনরিঙৈ চংখিবা চাদিং
মালেমগী তির্থ কোয়বদা যুধিষ্ঠিরনা
পাপ কোক্লবা লাই গুরুশিং হাৎলুবগী
লোইখিবদা শুয়রিবা কুরু ক্ষেত্রগী লানফমদা।
ইন্দ্রবসু ইবেন্মশিংগী য়াথংদু
শাউরক্লনি শ্রীকৃষ্ণনা লোইনবীশিংগী মীচঙদা।
লেপ্লে ভিম থোকঅবা লাকঅনি
পীগ্রে থিকা বিশ্বকর্মদা
কুরুক্ষেত্র লম্পাক শেমজিনবা
শাগৎনবা শঙয়াম মফমদুদা
পোৎথানবা লৈম লিশিং তরামথোইনা কৃষ্ণগী
দেবতাশিংগীসু শাগদবনি লম্পাক্তুমক্তদা
থম্ফমগা লোইননা শাদোংশিংগী।
নুমিৎতুমক্কি থাবল চোংগদবা কুরুক্ষেত্রদা
য়েংশিন্নি মন্ত্রি ভিম্না শুন্তানা থোক্লক্তুনা
শেম শারিবশিংদু বিশ্বকর্মনা লুচিংলগা
শ্রীকৃষ্ণনা লেঙশিনগদবা আসন
ওইদা য়েংতা লাইয়াম অতৈগী ফম্ফম
মায়য়োক্লবদা ইবেন্মশিংগী ফিরাংজি ফিদা
নোংপোক থংবদা মুনি ঋষিশিংগী কুৎশ আশন
মথল মথেলগী মনম নুংশিরবা লৈশিং
লাইশিংনা লেঙলক্লদবা থোঙনেৎশাশিংগী থম্ফম
গরুর, শন্দম্বা য়াহোংনচিংবনা চাগদবা মচিঞ্জাক।
লাপতক্লা শেম্মি দুর্গাগী শাদোং, নোংশাগীদি,

লোইরে শেম্বা লৈতেংবা কুরুক্ষেত্রগী লম্পাক্তু।
শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং লৌরগা হৌরে থাবলদু
লেঙথোক্লকই ইবেম্মশিং দুর্গানা লুচিংলগা
অপাম্বা খল্লগা পায়বা হৌনরে লাই নুপাশিংনা
লাই পাখং তরাদি দুর্গাগী পাম্বোম তরাদা পায়রে
চোংফম খঙদে দুর্গাদু অদুবু নোকমি নোকমি অদুম মরে।
গঙ্গাগী মৈথু তপ্না কামথোক যোমোম্না য়েংঙি মহাদেবদু।
তুমিন্না ফমজবনি গনেশতুদি ফিভম চাদে খন্না
চিংথোকপীরুরে ইরাং পাম্বী লাই নুরাবী অমনা।
তৌফম খঙদে গনেশ, মনাতোনবু শেম্নগদ্রা
থাবলগী খোঙথাং চানববু হোৎনগদ্রা
লুপলে হুমাংনা মশা পূম্বদু, তপস্ তারে ম্রাবনা
ঙমলক্ত্রে নিংথিনা শেম্নবা মনাতোন্দু।
খোংলিবা যন্ত্রশিংদুগী তানথা চানবা
কনখৎলকই থাবলগী খুৎচোং হান্নদগী হেন্না।
কম্না চোংনরিঙৈদুদা খংলাও লাউরকই লৈশাবী অমনা
য়াক্ল' খোঞ্জেন্দা অকি অখং ওইনা।
করিনো করিনো য়োমশিন্নরকই ময়ামদু
কোইরু কোইরু য়েং চিবোন চিবোন ঙাংনরকই
গনেশনা থাবল চোংবদা মনাতোন কন্ত্রোল ঙমহৌদবনা
লাই লৈশাবীদুগী শোকহৈদবা
রিজার্ব এরিয়াগী হকচাং শোকউরমাল্লে।
পুংচাই চাইরে থাবলদু, নুংঙাইজরে নারদদি।
খঙহৌদনা দুর্গাগী নোংশাগা
পাম্বোইবীগী কৈগা চিকথায়নরকই।
তিল্লম্বা ময়াম কায়দুনা পংচেন্দা চেন্নখি।
ইরাংদুদা চেনম্রমালে গনেশকি শাদোং উত্তিন্দু
কোয়থি থিনহৌই মৈরা পাইবীশিংনা মৈরা চুখৎতুনা।
চৎল্লে নারদদু মাগী বীনা মন্ত্রদুগা "নারায়ন নারায়ন"। □

## ঙমখৈ থিবা

***"He is not poor who has little
But those who want more."***

অয়ুক য়েন্দা অঙনবদগী
থিরিবনি ঙমখৈ অপাম্বা নঙগী।
নুমিৎ কোকতোন লোম্লকএ
য়ৌরগদ্রা খল্লি ময়ৌদে
থেংনরকই কয়ামসু লম্বীদা
ঐগুম্না নঙগী ঙমখৈ থিবা।
লম্ফাংলম্মী লম্বীদু চৎলে চৎলগা
পল্লেপফম খঙদে কদোমদনো চৎকদবা।
ম্বারে খাঙবা অপাম্বা নঙগী থৌদাদা
কেন্দ্রে ইরু ইয়াং নঙগী য়াথং ইনবদা।
নংগ্রে নহাকথক্তি কয়ামসু ইকাইবা
থোকপ্রে নগুংলাংগী খৎন চৈনবা কয়া।
পেনবীরদ্র খল্লি নঙনা ঐগী অম্বাবা উরগা
হেনদুম হেনগৎলকই ময়ায় কাবা ইখৌ লাংবা।
চাওরকপনি ঐসে নঙগী কৈগুমশঙদা
ঙমখৈ লৈতনা চাওরবা নশাইগোন্দুগী।
মালেমদা খোঙদারকঙৈ পলেমগী সিয়োমনুংদগী
কপচখিবনি ইখোঙ ইখুৎ কাও হংঙা হংঙা
কিজবনা কৈগুমশঙগী পুন্সিবু।
ফাবিখিবনি ঐবু পলেমগী ফৈরাথক্তগী
নুংশিদনা নুংশি-শা, নাওথেমদুনা খোম্লাংগী।
পীজদুনসু অহাওবা চিঞ্জাক পোনগী চেক্লাদা

থবীদুনসু চেকশিন্না সনাগী শারংনুংদা
পাইজনিংবগুম মনীং তম্না হাওল আতিয়াদা
থকচনিংবগুম লোক্তি ঈংলবা লাইজ
হিংজনিংলে অপাম মিহৌগী য়াংমদা
লৈজবা থরনা পেম্বেফুলা ঈংলা চিক্লা।
থিরিবনি অদুনা পনখৈদু অপাবা মণ্ডী
লাম্ভোকখিনবা য়াংমদা নশাইগোনগী।
ফনা খেওজিন্নক্লে ফংনবা থিবদা লেওনা
য়ারমাল্লে থুরুপ থানা চেন্নবদা
নোংদোনগী অরংবদুসু, ডাংশিন্নক্লে হৈয়াইওম্না।
খেংনবদি মরেল্লে ওমখৈদু অপাখগী
থাজরক্লে ফংগনি হায়বা কৌরৌসিমগীদি
ঐ' ঐতগী থনবদা লোকতাও তাওলবা থুম্নাইসিদা।
য়েংনরমশিংদু তাইবং লীলা পাক্ল' ফম্বাক্তা
হমল্লে ওম্না মারকৈ ফাংনা মথুম য়ৌনবা
থরনা লোক-খেনা থরনা নুংগুক নুংজানা
চিংশিন্নকপদা অমুবা ফিজংদু তপ্না তপ্না। □

# মুথংলসি ইমা লৈবাক্কি মিংলেন

হায়বীরম্মি লাই ওইদ্রবশিংনা
যননি যস্ন তুমিচস সর্গাদাগী গরিয়সি
পোক্লফম লমদম ইমা! লৈত্তে মালেমদা নত্তওবী
নুংশি চাওবী অখাত্ত কনবী ইমানি নহাক্তি নচাশিংগী
নহাক্কিদমক হিংজগে নহাক্কিদমক শিজগে লোক্লা।

লাউরি পাজনবা অথৌবা নপাম্রিশিংনা
কনানো লাকচরগদবা ইমাবু নচাশিংগী পাযোম নমথেক্তুনা
শয়েং পাযোম ত্তানগে চায়ন খোংক্রেন হানগে।
লেপ্নি নমোমশিংত্ত খ্বাত্তচেং মচি লাংদুনা ইমাগীদমক
ত্তমগনি কংখোকপা পূম্নমক ইমা লৈবাক নহাক্কিদমক।

শৈহেক শৈথারি অশৈবশিংনা খোর্জেনা
ফজেদা ইমা পোক্লফম লমদম নুংশিবী
য়েংখি য়েংখি খুদিংদা পূক্লিং চূনা ফজবীনি
পূক্তে য়েংত্তে খ্বাংতবী লনপৈ য়েংত্তে লোত্তবীনি
খগগী নন্দন কানন্দগীসু হেনবীনি ইমা নহাক্তি।

শকখি খ্বাশক পীবায়েল দুর্ব্যখনসু
অদুত্তে কৌরবকি খাজদরবারদা সনা খুংত চিক্লা
মালেম নিক্লা জগৎকি মবুংত্তো শ্রীকৃষ্ণমক্তি মাত্তদা
পীরোই লৈরিক অমা ফাওবা য়েংতুম মতোন্দা পকপা
দুর্ব্যখন্না হিংলিত্তে শিংলিদা ঈ মরিক অমত্তং চেল্লিত্তেদা।

কংখি থম্বায় অথৌবশিংনা
লোংশায়েন পাওমাদু খোংজোমদা মমা লৈবাক্কিদমক
লোইদংলমজগা য়েক্লবা লাম্বী য়েন্দেম থম্বাক শোইবত্তম
নিংহম্নখিবে মখায় খালোকপদা মমা লৈবাক্কিদমক
পীরকখিব্রবসু যমদিয়ায় সনা কোনুংদগী লাখা পানবা।

পোকখি ভগৎসিংদু অপেনবা

মমা লৈবাক্কিদমক চিংনবা লৈতনা মথ্বায় থদোকপদা
চুপখি ফাঁসিগী থৌরিদু নুংশিরবা মমাগী খোল্লাং থকচবগুম।
কাখি ফাঁসিগী শগাইদা নোক্লা নোক্লা মমা লৈবাক্কিদমক
তনৌ তনৌরিবা চহি তরামরিগী খুদিরাম বোসসু।

কনগ্রেদা ইমা লৈবাক

নহাকপু নুংশিবগী লিপূনসে পুল্লিবা নচাশিংগী মফমদা
শোক্লরি তমথীরবা লাল ইরৈবাক মীয়ৈবাক্কি অগুম তান্নবদা
শেমলি ইতিহাস কয়া কাউগ্রেরোইদবা তমথীরবা মীহাৎ মীপূনগী
ওইগ্রে সাধুসু হিংচা য়াইতবা ইমা লৈবাক্কিনিবু হায়রবদি।

নিক্রে মালেমসে

বোম তোপ নোংমৈগী মখোলতনা ইমা লৈবাক নগুগী হাকন্দা
মমগ্রে-অত্তিয়া মক্কোয়সি মৈথুতনা চুথৎনরকইবা মৈরিদগী য়েংথীনবগী
শাগৎনরকই শৈথৎনরকই লানগী খুৎলাই ইমা লৈবাক কনবগী মিংদা
লৈত্রে শান্তি নিন্নে মালেমসি মীকপ মীয়াওখোলতনা হাৎনবগী।

য়েংবীয়ুদো ইমা নহাকসু

ওয়াংতা লেঙ্গোমরম্বা চামিন্নরম্বা শেৎন খাইনদুনা
য়ুমলোন কৈরোম্নবা মচিন মনাও মচে মচলশিংদু নুশি চান্নবা
য়ানথৎনরে হাৎজেল্লরে অউ অউবা মীনুংশি মচেৎ অমত্তা য়াওদনা
ওাওরে পূন্নমক ইমা লৈবাক নগুবু নুংশিজবগী য়াখলদা।

খন্থনদ্রে মীওইবনি হায়বা

খুন্দামিন্নরিবা পিক্লবা গ্রহ অসি খক্তদা মপান নাইদ্রবা সংসারগী
পোক্তুনা মীওইবগী মিংদা জিব খুদিংমক্কি অথোইবা ওইনা
মফমসিখক্তনি পোক্লকম লমদম হায়বদু মীওইবা কাগুলুপকি।
মীপাইনরে মুৎগ্রগম্র কাগুখুল মীওইবা জিবসি গ্রহসিদগী।

খুঙবীদ্রব্রা ইমা নহাকপু

চোংথোবক্লিবসি পুক্তনা ময়াম অমা ইমাগী শক্লোন লৌদুনা
কংশ মহাবাজগী কোন্নুংদগী মচনমক্কি মচা হাৎপা ঙমখিবা
ইমা লৈবাক্লা পোম্বা ওইবগা হাৎপিবিবা মুনবিবিবা বত্নাকব কয়া
ঙমদ্রে ব্রাকৎচবা, কিজবে তেংথাজগদবা ফাওবা মখোন থোক্লা।

খেন্নদ্রে শাহিং চাবা শাগা

মীৎমাঙমক্তা মপুরোইবা হাত্তোকপগ্রবীদু তেংথাজরি থম্মোয কাইনা
খুঙখিদে মরমদি, লৈজদে পাঙ্গলসু ভুক্কা থিরুনবগী কপচবা নক্তনা ভুমিন্না
খুঙহল্লবসু হায়রক্কনি অদুগী অদাগী ব্রাফংনবসু য়ারবোইদবা
ইমা লৈবাক নঙগীনিবু হায়রবদি পূম্নমক চুমহল্লে পূম্নমক য়াহল্লে।

য়েংঙম্রিব্রা ইমা নহাকপু

নুমিদাংব্রাইবম ওইবকঙৈ ভ্রইজবি মচিন মৌপ্পাদু মতু মমান ইপোন পোন
মাঙ্গোন দাবিদা ফমদুনা হল্লকখিদ্রা খন মহৌশাগুম
শেৎন থাইনবগী মৈচাক্লা খকউ য়াদ্রবা মীৎলু পিবাং ঈহৌনা;
য়েংহৈদ্রে অহৈদ্রে উহৈদ্রে ইমা, নচাশিংগী লীচৎসে নঙগী ফিজি মরুমদা।

নুংশিপ্রেদা ইমা, ইমা লৈবাক

অদুবু অসিমত্তংদি হায়জনিংঙি নফমদা ইকোক নোম্না
মুৎখিদ্রিঙৈ নহাকথক তৌখিবগুম যদু শাগৈদা শাপকি য়োৎতুম্না
মুথৎচবগে নহাক্কি মিংলেনশিং 'ইবৈবাক' 'মীবৈবাক' 'নবৈবাক'
ঙাকপীগনি লানথ্রবসু নপুকথোক্কি নচামক্কি খন্না। ❑

# চাইল্ড লেবর এক্ট

উমহ নমথিগ্রেদা মনমসিদি, মজি শিংলি মনাতোন খুম্মি
চংলিবা খুদিংমক মপাদু হেক য়ৌরকপগা হাপ্পুদুগী
মীখন্দা মায়থিহৌরবা নেতা মানবদু শাওরংনা হায়রকই মচিন খুম্না
"মহে ফংঙেদনা ময়াম্না পাম্না থাগংলকপা মীহুৎশিংগী সাসনসে।"
লংশিন্নকই পৈশিন্নকই নাক য়েং অকোয়বদগী অমোংপশিং
শেমগংলকই ব্রাং চাউরবা হাপ্পুগী লৈপুং সহরগী ময়ায়মক্তদা।
য়ুম্বুরেম্বীদু মচিন খুম্ন' হায়রকই মখাং মেংল লেপ্পুনা
"হৈমা কালু! লুখাক চাইরিসি হান্না শেংদোকথোনে
নোই সাহেব হৌগংলকঅদি ঙাংবদা লোইরনিনে নঙবু।"
"শেংজরগে মেম সাহেব" চেয়োম নোন্নিবা নুপামচাদুগী পাউখুম্নি।
ঙৱাংনি বার্থ-দেগী থৌরমদু য়ুম্বুদুগী মচানুপাগী
শানৈ য়ুনৈরম্বগী চাইথাইরম্বদুনি কালুনা শেংলিবা।
লেংগানি কালুগীদি, অদুবু অমনা মপু অমনা মনাই।
অয়ুক্কি পুং মাপন তাপ্রে, মহেরোইশিং লাইরিক খাউ য়াল্লগা থোক্লরকই
সাহেবকি ইমুংসু মথেল লুকোইগী চাক্লেন্দু চাবা লোইনরে।
মথৌ হেনগংলকই কালুগীদি ময়ামগী খোংঙুপ তৈথোকপা গাড়ি শেংবা
নংনবা চংকদৌরিবশিংদুগী ওফিসতা কলেজদা স্কুলদা মহে-মহে।
চনিং থরা তাজরে কালুদু চেঙ্গুম চেঙ্গানরম্বদগী ময়ামগী থৌদাদা
পনখৈ অমা লোইখিবগুম য়ুম্বুগী মীশিংনা চংনখিবদা।
গেরেজদগী তপথরকপা কা মচাদু কোনুংনি কালুগীদি নুংঙাইরবা
চাইথাইরম্বা লুখাক চগুম ফেংদোক শেংদোকপা লোইরে
ঈশে ঙংনা-ঙংনা তরু তনান ইরুজরগা চাক্লেন চারিঙৈ কালুনা কাখুদুদা
লাউরকই মাইক্তা লমজাওরোমদগী মরৈবাক নুংশিবা শাবা কাণ্ডবুনা
"চাইল্ড লেবর এক্টকি মায়োক্তা অঙাং থবক শিজিন্নরম্বশিং চৈরাকপীগনি।"
থোইনা খোইজংলুদে কালুদু মবুক থন্না চাজবদুতনি মাগী পেনজবা।

সনা লৈবাক্কি চিন কাংজৈগী য়াকাবুংদসু লাউনরি চৈনরি
মীয়ামগী লৈবাক্কি মিংদা শুমাং লীলাগী কলাকারশুম নুংঙাইনবা ভাবোকশিংগী
খুবাক খুনরি হরাউনরি চাওখৎ থৌরাংগী থবক পাঙথোকপগী অহিং অমদা
চাদিং তৌথোক্কুনা ক্রোর কয়া চহী লোইবগী অহিংদুমক্তদা।
অদুদগীদি, শাগৎলকই ব্রাংখৎলকই মথোন মথোন।
বাবুচৌবগী বাবুয়াইগী বাবুমচাগী মরৈবাক নিংবশিংগী
লেপশিল্লকই পৈশিল্লকই কুবেরগুম্মা লোইনবীগী মচা মশুগী মিংদা।
কৈথেন মণজাওদু মচী-ফেংলি হাপ্পুগী লৈবুংদুদা সনা লমজাও ময়াগী
শলাক শারে পুমচাই চাইরে মনম্মা লৈকাই পল্লাললে
কিথি কিরুম ইকাই-ইকাই লোৎচরম্বদু অপুম অশা মরক্তা।
মশম মকোই কক্কবা নুরা চবাক্লা নিংথম উল্লেন চংশুমদ্রবা অঙাওবদু
থোক্কি মপান হাপ্পুগী লৈবুংদুদা ওনশিল্লগা চিংন পরৈ য়াওদনা
চৈরকই অউবশিংনা মচিন খুম্র' মথোংহক্তবা থবক্তুগী মফম মতম চাদবা।
পৈরপ য়েংল' নোকমিনা হায়রকই অঙাওবদু ''নৎত্রদি মাঙোন্দা তৌগদ্রা ?''
য়েংনিংদে কনানসু তিনশিৎনফম ওইরবা মরায়বক থীরবা হাপ্পুদু
লংথোক্লকই শিৎতোক্লকই লোৎচবদু কাচিন কোয়াদা চমোৎননা।
ওইদি ওইরম্বনি মাসু মীতানফম কল্লকনফম মতম অমদা
তগৎ তগৎ তেকলিঙৈ অচা অথক ওইনা পোৎফমদা সনা কৈথেলগী
লৈতেং ওইরিঙৈ শকহেনবীশিংগী অকে অমৌ চৎথোকপদা
ওইদ্রিঙৈ ফিজেৎ-ফিমন শরু-ঙারু অরেমখাক মতিক লৈবশিংগী।
লেপ্লি চীংজাউগুম হাপ্পুগী লৈবুংদুদি চীংলেম্মা সহরগী ময়োন্দা
উৎলি শক্তম ওইনা শারমচৎনা শাথৌবশিংগী মরমচৎ
অশোনবদা অকনবা শাবা অকনবনা অচুম্বা শকপা
মপান ফরিঙৈ লেংগোম্নবা মরাই চাইথরগা তিনশিৎনবা।
নত্তে নোম্বদুনতা লৈগদবা তোল্লবশিংসু পনখৈ লাম্না
ফুদোরক্কনি মতিং মাখোয়সু মতমদুনা য়ৌরকপদা থিংঙমলরোইদবা
হৌনশানি মাসিসু শোয়ফদ্রবা মহৌশা ইমানা পীরকপা।
অঙনবা অয়ুক্কি নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌবদা ঙাইরিবা

পুথোক্লরকই অরেম অপা ময়োম হোটেললোমদগী
লুখাক চাওম অমোৎ অকাই য়ুমলোমদগী য়াহৌ ওনবী মৌশিংনা
হৈজিল্লি লমজাও ময়াগী হাপ্পুগী লৈবুংদুদা।
খোৎলি মুন্নরি চরি তৎলবা অঙাংশিংনা য়েন্নাওওম মচিঞ্জাক থিরিবা
ওইরি মাখোয়গীদি হাপ্পুগী লৈবুংদু নাওকোনবীরিবা মপী-মপা
য়েংনিংদনা য়েংলুবনি দলানগী মাঙ্গোন্দা ফম্ন' চিন খুয়া।
চেনশিন্নরি লাক্লরি অঙাংশিংদু হৌজিক্তা পুথোক্লকপা হাপ্পুদু
হৈজিল্লবদা খরনা চারি মঙক নোম্ন,
খরনা হাপচিল্লি খাউদা মরেংবান্দা য়াল্লিবা।
কুইরবনি উখিদবা কালুদু
চাইল্ড লেবর এক্টনা মীৎকপ থোরকঙৈ নোংয়াই চবুক্তা
য়াওরম্নে মাসু ময়ামদুগী মরক্তা মশম ইশোং-শোং ময়াং ইকং-কং
পীবা তারিব্রা চৈরাক হাপ্পুগী লৈবুংদুদা
চাইল্ড লেবর এক্ট থুগাইবগী? ❑

# কুনমাথোই শুবা সতাব্দিদা লৌমী শিনমী

*"The entire human history, in essence, is the life history of a few thousand dominating people."*

"মীথা পোন্দবা
মান্নবা খুন্নাই
মান্নবা চাকথুং
মান্নবা হক"

মন্ত্রনি চিনফা পুরবা রাজনিতিদা ইশং কারবশিংগী
মন্ত্রসিগী মরুমদনি মকোক্তা সনাগী লুহুপ উপখিবা
লৌনম হৈবা লমহুই নিংথৌ কয়ানা।
চুন্নিব্রা চরি তৎলবশা গুসিগী গণতন্ত্রসিদা হিংলিবা
ফংলিব্রা মহাও হিংবগী মীমান্নবা গুসিগী খুন্নাইসিদা?
পাংথোকপ্রব্রা ব্রাশক্তি চবুন্দো শকখিবা মীথলগী মতমদা?
হিংলি কয়া অমদি গুসিসু, হৌজিকসু শিবা গুইনা
লানফাগুম তমথিরবা হিটলরগী কন্সেন্ত্রেসন কেম্পতা
লেল্লি মায়কৈনা ফিজেৎ ওইদুনা চাকথুং ফিথুংদ্রবা কয়া অমা।
হে মাইবসা! ফমশেন্নরিবা ফম্বৈদা ফমদুনা
য়াম্ফক তারবা কুমলাইনাদুগী মনাক্তা
গুমগদৌরিব্রা শদোং হান্না উনশাতনা কুপ্লবা শরুদুদা?
ফনা কয়া শোন্দুনসু নগুগী শিদয়াই মন্ত্রদু
চরি তৎপ্রে শদৌ থোংলে খদাং ইল্লে অনাবদুদি।
শনপোৎ লাজোনগী মপান তাংজরম্বা লৌমীশিং
তানথোকপীপ্রে ফোর্সন কুবুতানা শেনজাও পাইবগী।
তেক তেক তানজরম্বা নোংজু নুংশা মরক্তা

লৈত-লৈত লৈজবা লায়রবগী রিক্সাদুসু মুনবীগ্রে ইঞ্জিন পানবা গাড়িশিংনা।
হিংদবদি য়াদে, হিংহন্দবসু য়াদে পোক্লরবনিনা
অহল ওইরবা মমা-মপাদু শিন্থা পাংবা ঙন্নক্রুবা
অঙাং নাব্রা ওইরিবশিংদু নৌনা তাইবংদা খোংদাজরক্লিবা।
পুথোক্কনি চাথোক লৌমীনা মরু-ময়াং কেম্না
শেমগৎকনি সহর কয়া ফুরা-দলান কয়া শিন্মীগী পাঙ্গন্না
দোলাই তোংবশিংগী চাননবা মতিক লৈবশিংগী নুংঙাইনবা।
লৈতে লৌমী-শিন্মীদা ইকাইবা অচোপ্পা থবক
ঙমদে খল্লুবা মমা লৈবাক্লিদমক শিন্থাগী পোৎলুম্না হিংনবগী
ওইরি লাইনিং মখোয়গীদি নোংমগী চরা অনীথক্লা ।
মবুক নোইরবা রাবোনশিংদু চৎলি সনা লমজাওদা
ফমদুনা খোল্লাই নিক্লা দোলাই থক্তা
হুমাংনা লুপ্নবা চরি তৎলবা লৌমী-শিন্মীনা পুরগা
তূন্নি মখোয়দি তুমখুন হুম্না কোনুংদা
অইং-অশা ফাওদবা অহিং নুংথিন নাইদবা
মনি মুক্তাগী লৈতেংনা থল্লবা কাজাওদুদা ।
শাখিবনি নিংথৌরেনশিংগী চাওরবা কোনুং শিন্মীশিংনা
শাখিবনি ষ্টার হোটেল কয়াসু শিন্মীশিংগী মতেংনা
শানৈ-য়ুনৈফম পোৎথাশঙ ওইনবা মবুক নোইবা মরেং থোল্লবশিংগী
য়ারোই খোঙ্গুন তারুবা লৌমী শিন্মীশিংদি মফমদুদা।
তানজরম্বদু শেম্লোক খরদং য়াগী লীগী য়েন্দাই থুমোক শারগা
মায়থীগ্রে শেঞ্জাও পাইবশিংগী প্লাষ্টিক্সি লাম্বদা।
লৈয়ক্লে অতৈ পাম্বে শেম্লোক লম্বীগী শিন্মীশিংগীদি
হিংবা নত্তনা লানফাগুম্না শেনজাও পাইবশিংগী থৌজান্দা
য়াকৎচবা ঙমদনা অপিবা খুৎশু মন খরদুনা পেম্লোক্তুনা
নীংতম্বগী চাওথোকচরবা ইরৈবাক্তা কুনমাথোই শুবা শাতাব্দি শিমক্তদা।
পোৎকি মমলনা আতিয়া পক্লা য়াংখৎলকই থিংবীনবা লৈত্তনা
তলব চাবগী তলব হেনগৎলকই জৃজৃ মনিং তম্না

নানথরকই শিৎ শিৎ লৌমী শিন্নীগী খুৎশুমন্না
শেমগৎলকই মপুগা মনাইগা হিংমিন্নগদবা খুন্নাই অমা।
তলব চাবনা তলবকি চাং লেপচৈ মখোয়গী মনিং থুংনবা
শেমজে ফমসু মশীং খণ্ডদনা মখোয়না ফমথোন কাবা য়ানবা
এসিষ্টেন্ত, দিপুতি, এদিসনেল, চিফ, সুপর চিফ অসিনচিংবা
ব্রাংখৎলুবদা শম্নামুক্তং শিন্নীগী খুৎশুমন্দা
হেনগৎলুবদা খজিক্তং লৌমীগী পোখোক্কি মমলদা
লাউশিল্লক্কনি অয়াকপা মীচৈনা মায়কৈ খুদিংদগী।
নশাগী খুৎশুমন নশানা লেপ্পা ঙমজদবা শিন্নীশা
শেঙ্গাও পাইবগী পুক্কে চোন্নবা হোৎনবদা
নশাগী পোখোক চাবা ফংজদ্রবা লৌমীশা
তম্মু নখোয়দি হরাওবা মীনা নুংঙাইরগা,
তম্মু পেস্থোকপা মীনা চারগা
তম্মু হিংমিন্নবা ঈংনা চিক্না নীংতম্নবা নরৈবাক নরমদমসিদা
লাকখিনি নখোয়গীদি চিনবান খোইহি খিকথরগদবা
অমৃত বানীগী লেন হৈথরগদবা মীখলগী মতমদা
য়াশিনজহৌ ফিগাও থন্না মতমদুদা নীংতম্বগী মহৈদু।
চীংনুং মানুং উরক ব্রারক শা-কৈ মরক্তা নীংতম্বা থিরিবা পাখংশা
ফংলরোই নীংতম্বা মফমদুদদি নখায় খুবাক্তা হাপ্ল' থিরসু
লৈরবনি নীংতম্বদি অব্রাংবা ফুরা দলান শেঙ্গাও পাইবশিংগী লনগৈদা
ঙাক্লিবনি মাখোয়বু গণতন্ত্রগী খুৎলাইনা চেকশিন্না
শেন্নখিবগুম দুর্গানা মকোক তরা পানবা রাবোন্দু অদুঙৈগী।
কদাইদা চৎগে ব্রাশক ঙাকপা মপা নিংবা রাম-রাজগী রাম
মতম ওইদ্রিব্রা তেঙ্গা থোংবা নঙগী শরঙ্গ লিরুংদু হিংচা ঙম্বা
ককথৎ হৌনবা কোকয়ামসি রাবোনগী
ব্রাজরবী ইমা সিতানা নোংমনখিদ্রিঙৈ। ❑

## শান্তিগীদমক লান

***"When there's no other course open to man***
***It's but righteous to unsheathe the sword."***
***—Guru Gobind Singh***

শান্তিগীদমক তঙাইফদ্রে লানজাও অমদি
কুইরে, ইথৌ লাংলিবা শান্তি পামজবশিংনা শান্তিগী লান,
থুগাইবদি লেপ্তে শান্তিবু শিংকুপ শানা লাওরিবশিংদুনা শান্তিগীদমক
হৌগদৌরিবা লানসু মায়োক্তনি শান্তিগী যাদুগরশিংদুগী
মংশোয়নি মমিৎত্না উফুল চাইশিল্লগা পিরাং শিঙ্খরিবা শান্তিগীদমক।

পুৱারীনসু লিরি, কনানা করম্না করিগীদমক শান্তি থুগাইখি
হিংজরম্বনি ঈংনা চিক্লা লৈকুৎ লৈরাইদা ইপা ইপুশিংদু।
হৌদোকখিবা নৎত্র তুহৎপীবা অকনবনা অশোনববু
মুৎখিবা ঙাক্তনি তুশোনবশিংগী হক ফত্ত লৌশিং হৈবশিংনা
খাঙবা য়াবা খাঙজখিবনি তুহৎপীরবশিংদু উপাই লৈতনা।

ইঙা ইঙেনগী নোংজুনা লেম্না মরৈরক্লবদা
কৈদৌনি চাংজৌ ঙাক্লিবা তুরেলগী তোর্বান্না
ফুগাইরকখি য়াংলবা ফুরা দলান কয়া মেংলবা লাইজনা।
মাং তাকহনখি মহে মরোং শনজাবুং কয়াসু য়োংলৈ মেলৈ য়েংদনা
পনখৈদু লানখিবদনি শিবা হিংবগী খেন্নক্রম খঙত্রবশিংগী লানজাও

য়াক্লবা নুংশাগী মৈশাদা অরুবা নুংথংনা নুংজাও থুগাইরিবদু
লেপ্তে মথৌ হুমাংনা লুপ্ত্রবসু নোং ঙানবদগী নুমিৎ তাবফাওবা।
মীদি মীনি মহাকসু অরাম খৌরাং অদিং অশা ফাওবা কয়াৎ শুনা য়াওবা
লেম্নদি য়াদে শুরিবদু মপুম খিৎনা শুপ্নগী নোংমগী চন্না অনীগীদমক।
শেমগৎ শাগৎপা অকে অমৌ হয়াও কুম্মে মংলান্নি পুন্নমক মঙোন্দদি।

ফনা ৱাংই দলান্দু য়েংখৎপদা ঙক্কি তেকদবা মাল্লি
লৈতেংঙি য়াম্লবা কাসিংদু মতমগী য়ক লাওবা অরং অরাক্লা
লাওরকই নোং খাকপগুম কাদুগী মোন্তেকথক্তা পোখারিবীদু
"খানসা, এঃসিঃ রুমগী মৈ মুৎশ্লে রুম কুল্লর থাগৎলকউ
শাবনা খাংফম খঙত্রসিদা নুংথং মখোলসিগা থোংনাও থিংজিল্লু।"

রিম্নাব্রালাদু ভারাগী ঙাইহাক য়েৎনরিঙে মৌ নহা শানানবীদুগা
নময়াংদা শেৎ কল্লকই থানা বাবুগী লিচৈদুনা
"করিগী নমায় খুমজিল্লি হাংদোকউ" নোৎশিনগে তৌই চৈদু
খঙলমাল্লে থানা বাবুদু তুমিন্না চৎখি, কলেজ তমিন্নখিবা মরুপ ওইরম্বদুদা
মুরুম মুরুম শোলহৌই রিম্নাব্রালাদুসু-"হিংনা-হিংনা শিরবাইদুরা ঐবু।"

খ্বাংদা খ্বাংচেৎ খুৎতা থাঙ্গোল লৌখাও ফুরিৎ লিৎপীদু
থেমজিনজরি নুংশিনা নিংঙাই তৌরিবা মচাদু লাইরিক লৈবীদবগী
"ইমানা হোরেল লৌখাও-শেল ফংলগা লৈরগে, ইচাদি মরম মোকপনি।"
থংনবা বাবুচৌবগী য়ুমদসু ইরাং লাংনরি মনাই মশন পূম্নমক
ইদিন বার্গতা মহৈ তমখিবা মচিন মৌপ্পা ঙসি থোক্লক্কনি।

ফৈজোম কুঞ্জা কাওরগা লৈঙোইনা ইফুৎ থিংগে হোৎনরিবা পম্নাপ্পসা
কৈগা শজিগা, হৌদোংগা উচিগা হান্না অমুক্তা লেংগোম্নহনখোদা
নৎত্রবদি নৱা লৌদে তানিংদ্রে নাকোং মেনশিন্নিংলে শান্তিগী ব্রাকভু
হায়জবা নোঞ্জবা অহিংশানা কান্নরক্কুবদা করি উপাই লৈরি থাংখুম হাংবা নত্তনা
চুমথোকপা য়াদ্রবা অকোনবদি থুদেক্লগা নৌনা শাগৎপনা চুল্লোইদ্রা ?

আইন শেল্লিবা মখুৎমক্লা থাঙ্গৎলগা নোংদোন্দা নিরি
"হা ইপা সোরারেন !! শান্তিগী ইরিক খরা খিকথবিরকউ।"
ফিরৈদা য়েপ্লিবা শান্তিগী ময়োমদুদি খক থাদোক্তে
ঙকথি চপ্পদা শ্বর ফুল্লে শান্তিদুদি খাংঙেনফম য়ৌগদবা খজিক্তা ঙাইরে
ফনদুম ইকাইনিংঙাইনি, কোইচেল চেল্লি কোইরাও লাওরি শান্তিগীদমক।

ওন্নরোই পুরকপা শান্তি, লান নত্তনা মহাভারতকী লানজাও
মচিন মনাও মপা মচা গুরু শিষ্যগী মরক্তা চাইনগদবা লান
অচুম অরানগী চাংয়েংদা ইচা মীচা খাইদনা তেমশিংনগদবা লান
কুরু ক্ষেত্রা ধর্ম্ম ক্ষেত্রগী পাক চাওরবা লানবুংদুদা
পুরক্কনি মদুতনা শান্তি পামজবশিংগী শান্তি, শান্তি থুগাইবশিংগী শান্তি। ❑

# পুন্সি খোঙচৎ

- কুমসিদি ঐখোয়গী নুপী পালাসি তোম্বীন্নানা ইশৈ হললহনসি।

- ঐদি স্কুলগী থবকসিনা ফরক অমা তানিয়ে। ইচেখোয় ইনেখোয়গী মরক্তগী অমনা ওইবীয়ু।

- য়াদে,য়াদে, নঙনা ওইগদবনি।

ময়াম য়ৌ য়ৌ তৌরকই। স্কুলদি অয়ুক ঙাহাক চৎলূরগা লোইরদুবু। লাইগী থৌগন ওইরসু নশক নতৌ ফজবী চুং ফিরান চাবী নখোয়না ঈশৈ হল্লগা লাইসু ভাবকসু পেন্দৌরিনি। হনুবশিং ফাওবা পৈশা থানিংগদৌরিনে। ময়াম ব্রা ব্রা নোকই।

- মোয়’ পাবুংনবু য়ারক্তদ্রা খঙদে।

- ইবুংঙো বীরেন্দ্র ঐখোয়না হায়ননি। ননেম্বোকসু য়ারবনি। ঈশৈ তম্ফমসু নখোয়গী শঙ্গোয়সিদা ওইরদৌনি।

কোনুং নক্নবা কোম্লুপ্তগী হৌরকপনিনা তোম্বীন্নাসি লাই-তিনগী থবক্তা য়াম্মা থব্রায় য়াওজরকই। লৈশারিঙৈদগী য়াওশং মৈথাবা নুমিৎ, কৃষ্ণ জন্ম থৌরানী জন্মদা মবোকসিনা চরা হেনবদু মাসু অদুম য়াওরকই। ময়াম্মা কন্না হায়জিল্লকপগা তোম্বীন্নাগী অপান্বদু উবদা য়ানিংদ-য়ানিংদনা য়াখি বীরেনসু। ঝুলোন (স্নান যাত্রা) হৌগদবা কুইশিল্লক্লবনিনা থব্রায় য়াওবা হেল্লকই-ওজাসু ঈশৈ শক্তদৌরিবশিংসু, মীগী মমাঙদা চোপ্তনবা। ঈশৈ তিন্নবা লোইরগা ব্রাতান্নে-“কুমসিদি মমাঙ বামোনগা অব্রাংগী বামোনগনা ঝুলোন মনুংসি লাইগী থৌগল তেকপীগনু হায়রি। কোনুংগীসিমা শোয়বা য়াদ্রে। গাড়ি অমা ব্রায়দবা য়ারোইদৌরি।” তোম্বীন্নানা পুথোক্লকপা চা থকমিন্নরগা মহৈ মহৈ চৎনপ্রে। মনেম্বোক্না হায়নবদগী ওজানা তোম্বীন্নাগী শৈহেক শৈদাদু ময়াম চৎনপ্রবা তুংদা মতোমতগী ওইনা তম্বীহৌই। বীরেন্না ওফিসতগী কুন্নকপা ফাওবা তম্বীরম্মি। হাইরপ য়েংঙম্মগা বীরেন ইমুংদা চঙখি। ঈশৈগী ওজাদু

মীতেক মীরৌ খঙ্গ্ঙি। ‘‘ঙসিগীদি ম্বাইদা লোইশিল্লসি’’ হায়দুনা হৌগৎলকই। ‘‘ফনি ওজা, লেঙবীরো।’’ তোম্বীম্নানানা খুরুম্মি। নুমিদাংদু বীরেন ব্রা ইঙাং ঙাঙদে। চাক তোকপগা ফমুংদা চঙখি। তোম্বীম্নাসু নুমিদাংগী থবক ইনখাং লোইদুনা মনেম্বোক তুমহল্লম্মগা মখোয়গী কাদা চঙলকুনা বীরেনগী ফমুংদা কাঙ হোইদোক হোইদোক্লা-

- কৈদৌরগে ইহৈ হৈনীংদনা উরিবু ? হকচাং ঙমদ্রব্রো ?

- ঙম্মি।

হৈনীংদনা খুম্মি। খঙঙি তোম্বীম্নাসু বীরেম্না ব্রারৌরিবদু। নোকমি নোকমি বীরেনগী মমায়দা য়েংঙগা

- অদুগা কৈদৌবে ব্রা ঙাংনীংদ্রিবা ?

- ঐসু ঈশে তমতামাম্লে, ওজা ওইনবা।

- (নোকঅগা) ইঃ ইঃ অদুগীনিনে য়াম্না পূক্কিং নুংশিনা ব্রারৌরিদো। ইবুংঙো, ইচা পাখং ফারবনে। ঐবু কনানা মীত্রবীদৌরিনো? ঈশে হন্দৌরিনিনা মীগী মমাঙদা চোপ্তনবা খরা নিংথীনা শকপা ঙম্নবা ইমানা হায়নদুনা তমথরম্বনে। অতে লায়রি, দিল্লিদা ঐখোয়’ ইবুংঙোগা কলেজ তম্মিম্নবা মখা লৈকাইগী নাওবদু হংচিৎ চঙনেইয়ে, হয়েংদি উকাবী অয়ায়বা খরা লৈরুসি পীখিনবা। (কাঙখল য়েপশিন য়েপশিম্না) য়ারেকো শেরান তুরান খল্লুরনু। ঐসু তূম্মুরগে। বীরেন্দু মরোল মরি খঙদখে য়ারক্তা ঙংঙগা মকোক খোৎতুনা লৈহৌই।

অমুকখকসু বীরেম্না ওফিস কুম্নকপদা পুরকপা ফ্রেম চনবা ফোটো অমা মখোয়গী কাগী ফক্লাংদা থেৎনবা হোৎনরি। মশম কোইকক্লবী লৈশাবী অমগী ফোটোনি। ফজৈ লৈশাবীদু। ঙারোই শাবানদা চুঙ ফিরান চানা ফজবীনি। য়েরুম মওংদা কোইরপ তাবী মায়থোঙদু ইংনা চীং লেমগ্রে। মুনা কুঙনা হৌবা শময়ামদু মাঙলোমদা পুল্লপ্পা জোম জোম তারি। শাই মখাদা খরা চোম্থরকইবা নাদা য়ানবা লৈদুনা শৃৎ নানবা খজাইদা ইরং লংনা উরি। শাংতক তৌনা পুম্বুম্নবা খুৎশাদুগী ওইগী খুৎনিংথৌদা শিরিবা অচম্বা তম্ফা থিনবা খুদোপ্তুনা মতমসিগী সনা মপাক্কি খুদোপশিংদগী শরুক চাম্মা হেম্না ফজৈ। পাম্বোম য়াওদবা অচম্বা উগী চৌক্রি অমগী নজন ঙাথফমগী

মথক্তা ওইথংবা পাম্রোদু থম্রগা শৈরুপ তৌনা নোকমিনা ফম্বা শত্তমদু উবদা কম্লত্তবা, হংনিংদবা লৈরোই।

হংখি তোম্বীম্নাসু- "কনাগী ফোটোনো সিবু ?" য়োৎপী য়ৈদুনা ফোটোদু থেৎনবা কম্না হোৎনরিবা বীরেন খুম্বা শংদে। ঙাইহাক লৈরগা "ফজত্রা?" তোম্বীম্নাদু থরা লাঙতক্লবা মায়থোঙদা মথা তারকই—

- সিবু মোই পাবুংনা পাথং ওইরিঙৈদা নুংশিনরম্বী নুপীরো?

- উম, মাম্নি। (য়োৎপীদা নুংথং থানা থানা খুম্মি।)

- অদুননিনে অদুক থব্রায় য়াওনা তৌরিদো। হৌজিক্তি কদাই' চৎথ্রবা?

- লৈরি।

- ফোটো লাৎতে শরুক মশা ওইনা পুশিম্লকপা য়াদ্রো?

- নঙ লৈরবনিনা কদাইদগী য়ারদগে (নোকই)। তোম্বীম্না খংশাও শাউগৎলকই। "অদু নহানথে হায়বদি য়াদ্রা ? ইকাই খঙদবী, ইশাগীতা খন্দুনা মীগী অপাম্বদা অয়েৎপা পীগদৌবা নুপীদু ঐদি নৎতে।" মমায় ঙাঙনা শাউগৎলকই। বীরেন্দু ফাক ফাক নোক্লুনা তোম্বীম্নাদা ওনশিল্লগা "ইবেম্মা পাথৎলকখিনু, নুপীসে কনানো ঐসু খঙদে। ইমাম্নবগী ময়াম্বগী এলবমদা য়াওরম্বনে। মতম অমগী লৈশাবীগী মোদেল ওইনা থম্নবা চাউনা য়েকথোকহল্লকপনি।" অদুগাক তাদে তোম্বীম্না ফি, ফি কাম্না শাউই। মতমদু মচানুপানা চহি ৩/৪ গাক শুরকপা অদুব্রাইদনি। মমা মপানা শাউনা ঙাংনবদু অমদা অমুক য়েং অমদা অমুক য়েং তৌরম্মগা মরৈ ইথা থ্যনা- "লাংনু তানিংদে" হায়না মথুৎ মচা অনীদুনা মনাকোং মেনশিনখি। বীরেম্না ইশি শিনা নোকঅগা মচানুপাদু পমথৎতুনা চুপখি। তোম্বীম্নাগী চক্রিনা ফোটোদুদি মখোম্নগী তুম্ফম কাদা থেৎখিদ্রে।

অসুম্না চেৎনা কোনশিম্নরম্বা পুন্সিদু মচা মমৌ লৈদুনা থবক্তগী পোথানরবা মতমসিদদি অসুম অসুম কোমথোক্লরকই। চন্দোন চব্রা ইরং-লংনা থিল্লগা পেন্সন লৌবা চৎমিম্নরম্বা তোম্বীম্নাগা বীরেনগা নোংমা নোংমগী লাপথোক্লরকই। হকচাংগী পুক্নিংগী অপাম্বদা থেম্নরকই। কা হেম্না

অব্রাবা খনগন্দবা চম্না কোন্নপ হিংনিংবা বীরেন ব্রাখল মান্নবা মমান্নবশিংগা হব্রা চাবা চৎমিন্নবা হত্রং শান্নদুনা ঙাইহাক পোৎথাবনা হেন্না মপুং ওইরকই। তোম্বীন্নাদি পুক্কিং হকচাং য়াওনা লাইনিং লম্বীরোমদা লুপশ্রে। নোংঙাল্লমদাইদগী হৌগৎলগা গঙ্গা মন্ত্র শোন্দুনা ইরুজরগা চন্দোন চব্রা ইরং লংনা লৈগী য়েন্দাই মচা পায়রগা মঙ্গল আর্তি চৎপা লেপ্তে।

মচা মমৌনা মহুৎ মরেং শিনখিদুনা মথৌ কোন্নবনিনা বীরেনগা ব্রাঙ্কিং চৎমিন্নরিবা কাঙবুদু হোটেলদা ব্রারেম ঙাংদুনা থেঙনা অদুম লৈথোকই। থৌরানীগী হোটেলদনি। ফনা কুইরে ফম্মিবা, ইমুং মনুংদগী হৌরগা পৃথিবীগী ব্রারীনি মখোয়না শানরিবা। থৌরানীসু মথৌ ঙাইহাক শংবদা ঙাংনরিদু তায়। মরক্তা মাগী ওইবা মোৎসু ফোঙদোকই। গোবিন্দগী মন্দিররোমদগী ধুপ আর্তি য়াওরুবশিং লৈগী পোলাং মচা পায়দুনা মরী-মরী থোক্লরকই। তোম্বীন্নাদু নুপী অনিগা লৈঙাং মচুগী কৌপিন শেৎপা নুপা অমগা থৌরানীগী হোটেলদা চা থকপা চঙলকই। বীরেনখোয় উবদা- ''মোয়' পাবুংখোয় চা থকঅম্মিরো?'' বীরেনদু তন্দে মান্দে খুম্মি ''উম।'' থকপা লোইরগা তোম্বীন্নানা- ''থৌরানী সে, মোই পাবুংখোয়গী পৈশাসু লৌহৌরো। বৈষ্ণব লেংঙসি'' চৎমিন্নখি। কৌপিন শেৎপা নুপাদু মরু নান্না কোকথোকই। মীয়ায়দগী খরা লৈশিল্লে। মশাদি ফরি। লাইশঙগী ঘি-থাউ চাদুনা লৈরবনিনা কুচুগাক ফজরি। মরুপ অমনা হৌদোক্লকই- ''ভায় বীরেনগী ইবেম্মা তোম্বীন্নাগা চৎমিন্নখ্রিবা নুপাসিবু কনানোনে ?'' ''রাধা কুন্দদগীনেইয়ে। গোবিন্দ দর্সন লাকপা ওইরমাল্লে। মানা হন্দক চঙবদা ধুপ মরুপকি নুপিশিংসু মাগা চঙমিন্ননি হায়দুনা তৌরিবনি।'' অমনা মখা তারকই- ''নুপাসিগী ইমুং মনুঙ মরী মতাদি?'' ''কনামত্ত লৈত্রমাল্লে। ময়ূম পান্দ্রবনি হায়নে।'' ''হা ! লোইরেহে। ভায়গীসিদি লাইরবা বামোন হনুবনা ষণবী লোইবগা চপ মান্নরেনে। মবুক থম্নবা পীজবা ঙমদ্রবনিনা মীগী ইংখোলদগী হানৌ চারুগেরা মানা খোকপা তৌজরুনবা ঙস্তানা শঙ্গোন্দগী থাদোকখিবদু।'' ময়াম ব্রা-ব্রা নোকই।

নুংথিল ফনা ঙল্লিঙৈদগীনি শান্নরিবা। মরক মরক্তা পূন্না নোকমিন্নরকই। মরৈসু হেক য়েৎনরকই। শত্রংগী পোদা মমিৎ কুপ্তুনা য়েংনৈ। শগোলগী খোঙথাং, শামূগী মরম, হিনা কদোমদগী ফাওজিন্নগা

এত্তেক তৌবা, অতোপ্পা মায়কৈগী সেনাগা ছিগা চণ্ডশিল্লকইবদুনা করম্মা ঙাকথোকপা, খুদোম্বীনা চিনবান ময়াদা থন্নগা খল্লি। মমৌ নুপীনা- ‘‘পাবুংখোয়গী চাদু ইংখ্রনি’’ হায়বগাকত্তু তাদে। চা থন্নম্বদু ফনা কুইরে। মনিন ফোঙ ফোঙ কারম্বনি, কাখিদ্রে। নুমিৎসু ফনা লৈথখ্রে। শুমাংলোমদগী তোম্বীম্নানা লাউরকই- ‘‘ইবেম্মা ঐস্তা লেঙলকএ খুদা পুথোক্লকউ।’’ ঙসি অহিং গোবিন্দগীদা লেকঅগা হয়েং বৃর্ন্দবন্দ চৎতৌরিনি। নুমিদাংদু উৎসব কৎকনি। নুপা নুপী ফনা য়াম্মি। মঙ্গলার্টি মরুপ্নি। দসা লাংফমগীসু ওইনা নুমিদাংব্রাইরমদু গোপাল শর্ষনাম পাথ তৌবীনবা হায়রুবনি ঐগ্যা বামোন্দু। লৈকাইগী অহন খরসু লাকএ। ধূপ থাউমৈ থাগৎতুনা পূজা হৌরে। ইমুংগী মীশিং ভক্তি অমুক্তং তৌনবা ঐগ্যানা হায়রকই। তোম্বীম্নাদু শান্নফমদা চঙলক্তুনা হায়রৈ

-মোই পাবুং লাই অমুক্তা খুরুম্বীরখো। তাদসু প্রসাদি (ফোলা) খুনবা য়াওবিয়ু। হোয় মায় হায়দে। ‘‘চেক’’ শগোলনা অনিরক থৌই। তোম্বীম্না অমুক চেনশিল্লকঅগা হায়রবদুদদি থোক্লকঅগা লাই খুরুম্মি। অহল লমনশিংদসু খুরুম্মি। পূজা লোইরদুনা মহৈ মহৈ চৎনখ্রে। বীরেনসু মমান্নবদুগা শান্নফমদা অমুক চঙখি। সনধ্যাগী লাই খুরুম্বা লোইরগা তোম্বীম্নাদু চঙলক্তুনা ‘‘মোই পাবুং ঐ চৎচরুখিগে’’ হায়দুনা বীরেন্দা খুরুম্মি।

-চৎলো, চৎলো। নখোয়না গাড়ি তোংদ্রিঙৈদা ঐসু হয়েং ঙন্তা লাক্কনিদা।

‘‘তাদা য়ৌজরুখিগে’’ হায়রম্মগা তোম্বীম্নাদু মচাগা মমৌগনা গাড়িদা থিনখি। ❑

# নিংঙোল চাক্কৌবা য়ৌরক্রেদো

মহাক হেক লৈখিদবদগী চাক্কৌবা অমুত্তা লাকউ য়াখিল্লবা ইচেমসিদু কুমসিদি হয়াও হয়াও লাকপদুদা কয়া নুংঙাইহল্লে। ঙল্লা লাকই । ইচেমসিগা ইবান্নি ইখোলদা কোয়না চৎতুনা য়েংমিন্নে । চাক তোকপগা শুমাঙ মচিন্দা হৌবা বোকুল পাম্বীগী উরুম খয়া ফংবা তুলসিবোং ময়াদা থাবা ফক্কুদা ইচেমসিগা ফম্মিন্নে। "ইচেমসি কোমলা চাসি" সেম্পাক্তগী কোমলাদু খোক্লগা লানশিন্নি। চাকখুম অমত্তদা চামিন্নখিবা, ইমুং অমত্তদা চাউমিন্নখিবনিনা ঙসিসু নৌহৌনা নিংশিংনরকই। হৌখিবা পুন্সিগী থৌদোক মচা মচা পুখোক্লদুনা শান্নবা ব্রারীদুনা পুক্নিংসি ইনৌ নৌই। ইচা নুপা শরতনা লুখাক চগুম শেংবা লোইরগা হৈবোই হৈতবোই কোল ফেঙবদু উবদা ইচেমসিনা নোকমি নোকমি হায়রকই- "মখুত্তা হামদুনা চাজবা ইয়াসি ঙসিদি ব্রাহল্লেদো।" চাক এঙ্খাংদি ইমৌনুপীনা ঙল্লানা থোংলল্লবনি হায়রুবা ঐগী ব্রাফমদু পেন্দমাল্লে শরতসু খুন্নকই- "চাক্কা ঙা থোংবগদনি মানা লোইশিল্লম্বদি মথেন ময়ামদুদি ঐনা তৌরিনি ইনেমসি।" ইয়ানা থোংবসি হাউখ্রে। থব্রায় তানা নোকচৈ।

ঙাইহাক ব্রারী শানরিঙৈদা মতম হৌখিবা খঙহৌদে। দক্ষিনাদু শিপ্রাইগী শেঙ্গা অমদা হাপ্লগা শরতনা পুখোক্লকই। "ইনেমসি ঐদি য়াম্না তৌসি হায়বনিকো পাবুংনা এঙ্খাং হাউহল্লগা লোইরেদা হায়।" "নঙ পাবুংসি য়াম্না লিকপনিনে।" ইশি শিনা নোকই। "ইচেমসিনা মঙ্গলার্টি সেবা চৎপদা ইন্নবা শামতুগী ইন্নফি অমত্তনিদা।" খুরুমদুনা কৎলি। হয়াও হয়াও লৌশিনখিবগা লোয়ননা পুন্সি নুংশাংনা নুংঙাইনা পান্নবা বর পীবিরম্মী।

শরতত্তা গাড়ী থৌদোরক্লবা হায়রল্লগা খোঙনা তপ্না তপ্না লমজাও ফাওব্রা থোকমিন্নরকপদুদা ইচেমসিনা হৌদোক্লকই- নহান্দি পাবুংদো মঙদা উরম্মী। বোম অহানবা তাবা নুমিত্তা শিরবসু পুল্লপ শিমিন্নগদবনি হায়বদী

মওংদা পাবুংনা ইবান্নিবু চেংনা কোল্লগা লৈখিবগী ফিভমদু ওইনা তৌরম্মী। মীৎকপ থোক্লকপদা কন্না নুংঙাইখিদ্রে। পংকপসু কপ্পুরে। পাবুংগী চহিগী দিন নকশিল্লকপসিনা ওইরমাল্লে। লমজাও ম্লৌবগা শরতনা গাড়ীগী থোঙ হাংদোক্লুনা ঙাইরম্মী। গাড়ী কাখৎলমদাইদা ইচেমসি ঐ লৈজহৌরে হায়দুনা মখোঙ শোক্লা খুরমজহৌবদু হায়নিংঙাই লৈতনা অপেনবা পোকচহৌই। চঙলক্লগা পুঙচিক চিক্লবা য়ুমগী মাঙোন্দা থারিবা অরাম চৌক্রিদা ফমদুনা পোথাই। মাঙোনগী ফক্লাংদা থেৎপা থোইবীগী ফোটোদা ফনা কুইনা য়েংদুনা লৈখি। ওমচাক্লরবা ব্রাখলদু শোম্থাংননা ফোঙদোকখি- "নঙনা হয়াওজব্রবা নিঙোল চক্লৌবদু য়াওখিদবা চহি মঙা শুক্রেদো।" অশাংবা শ্বর অমগা লোয়ননা খুৎ অনি লুখমদা লোনশিল্লগা তরংদা য়েংদুনা লৈখি।

লুহোংবা মতুংগী অহানবা নিংঙোল চাক্লৌবনি। অনৌবা ময়া নুপানিনা ময়ামগা শকখঙ মায়খঙনহন্নিংমাল্লে বার্ত্তনদু ঐগীসু য়াওরকই। থোইবীনসু কন্না তকশিল্লকখি- "নহান্দগী ইমানা ঐখোয় অনি লাকমিল্লৌ হায়বনি। চাক তোকপগা ঙস্তা হল্লকসেবা। চৎলুসিকো।" ঐ য়াখিদে। থোইবীদু মবুক্লিং নুংশিবোই ইকায়বোই তুমিন্না লৈখিবদুদা থেমজিনবিখি- "মথংগী নিংঙোল চাক্লৌবদা অনৌবা থুংলগদৌরিবা অতিথিদুগা ঐখোয় অহম পুন্না চৎলসি হন্দক্তি তোক্লগেবা।" হায়রপ শুগৎলগা য়েংখৎলকই। নিংঙোল চাক্লৌবগী নুমিদাংদুসু হল্লকপগা হাথু হাথু চাকখুম চঙখিবদা ঙাইহাক্তফাওবা ব্রারী শান্নবা ফংহৌদে। লৈকায়গী লম্পাক্তা নুমিদাং লীলা তৌদৌরিবদুননি ঐঙোন্দা লোইরং শিংখোং ওইরিবসি। লীলা লোইরগা চাক তোকপদা নুমিদাংগী পুং ১১ তাগ্রে। ইমাগী অব্রাৎ অপা য়েংশিল্লব্রগা ঐখোয়গী তূম্ফম কাদা থোইবীনা ফি থুপচিন থুপচিন্না- চাক চাবা লাক্তে হায়দুনা য়ুমগী ইমানা কয়াম নুংঙাইতে। ইচিন ইনাও অতৈগীদি লোইনা লাকই। অদোমগী দক্ষিনা শরুক্তি, শেৎলু পকচগদ্রা য়েংসি হায়দুনা হঙামপান খুদে অমা পীশিল্লকই। "তুস্নদা অহনবা খুদৈসি শেৎচিল্লবদি ?" নোকমি নোকমি থোইবীদা য়েংখি। "হয়েং অয়ুক ঙস্তানা শুদোক্তৌ লৈরদুবু। শেৎলো, পালা শাবাননিনা ফজদৌ মাল্লেবা।" খিক খিক নোকই।

থোঙাললোমদা গাড়ী মখোল তাখিবগা লোয়ননা ইশু নুপাদু দৌধৌ-দৌধৌ ঐগী দক্ষিনানি হায়দুনা চাকা অহম পানবা গাড়ী মচা অমা থাংবা ওম্বোই ওমদবোই পুশিল্লকই। ওসাইমখৈ ইচিক চিক্রন্দু পুল্লাও লাওলরে। সক্রাতিলী পুং কোটাল মোইবুংগী খোঞ্জেল মরক্তা গোবিন্দগী শরিক মখোল তারকই।□

# শৈরেং শৈদিন্নবা

ঙরাংদগীনি সনাজাওবনা থিরিবদু। বোই অমনবা, কুইমনবদগী মচু ওন্নবা পুনশিন্দুনা থম্বা চে চবুনশিংদু হাংদোক হাংদোক্লুনা থিবদা পুমচাই চাইরে কাদু। ফংগ্রিমান্নে, উপলম্বা আনোক্ত লৌথোক্লুনা মখুৎ ওইনা পায়রগা থাগী, থাখায়গী চেফোঙশিং থম্বা মিংসেন চনবা উপুদুদা য়েংদুনা পোৎথাবোই নিংশিংবোই ঙাইহাক তুমিন্না ফম্মি। মপান্দগী-

- বোনখু লৈত্রো ?

- লৈ বোনখু, লেঙশিন্নকউ।

- ঙসি ব্রাঞ্চিং থোক্লক্তবদুদা কৈদৌগ্রবনো হংগে লাকপনি। করিনো পুমচাই চাইরিসিনা?

- থংনবা ষ্টেটতা শৈরেং শৈদিন্নবা অমা য়াওরুগদবা, হংচিং চংকদবনি। বোনখুনা খঙডিদুঙাই, ঐগী থৌশাগন্দবা আলে জালেদু। চরা হেনখে ব্রারেম ঙাংদুনা লেন্নগা পেনজবনিদো। করিমত্ত ইহৌদ্রবা। মহৌশা নহা হায়রপ ওইরিঙেদা ইখিবা শৈরেং (লোইদি লোইশিনখিদ্রি) ফনা য়াম্না লৈখিবনি, মদু থিরম্বনিদা। ফংদ্রে। ঙসি অহিং তুমদখে ইরগা পারুবাইদু তারে।

- থবক য়াম চিন্নিপোৎনিনে বোনখুগীসিদি। ঐ য়ৌরগে দিষ্টর্ব তৌররোই।

- চা অমত্তদি থকমিন্নখিসি। (মমৌ নুপীনা চা পুথোক্লকই)

চা-থক্লা থক্লা ফক্লাং ময়াদা লৈরিবা মিংসেন চনবা উপু অহমদা য়াওরিবা লাইরিকশিংদু য়েংঙগা সনাজাওবনা নোকমি নোকমি হায়রকই- "ঐসে হয়েং মপোক্তদি লাইরিক্লা শাপ তৌদুনা ইবা পাবা থোক্কদৌ মান্দ্রে। পামদুনা মতম মতমগী লৈশিনখিবা লাইরিকশিংসি পারুবদি লায়রদনা নোংমতফাওবা উপু হাংদোক্লুনা মনাক্তা চঙলুদে। ফাদোক তারবা বন্দিগুম্না সো লোনশিন্নগা থম্মিসিনি।" "হোয়নে, বোনখুগীসি মতিক মগুন লৈরবা

নিংথৌ মচা, ফম্নাইবা মম্নাম আন্দামানগী কৈশুমশঙদা বন্দি ওইনা থমখিবদুগা চপ মান্নরেনে। মমল য়াম্বা, মশুন লৈবা অফবা লাইরিক য়াম্না য়াওরমগনেইবা।'' নোকমিম্নে।

শুমাঙলোমদা ইরাঙ লাঙনরকই। সনাজাওবগী নুপীনি।

- ওজা পুংয়ৈবা অনিদি ফানসাংসিদা লেঙশিল্লো। (ইমুংলোমদা ওনশিল্লগা) ইবেম্মা ফক খরা পুথোক্লকউ। মমাঙ শজোম্নদু থৌগল লুপকি কাঙবুদুনা পিক থল্লে। সানাজাওবদু মমান্নবা থিন্দোকপা ওইনা থোকমিন্নরকই।

- তাদা লেঙবিরকঅম্মিব্রা?

- করি তৌদৌরিগে ইবেম্মা শিজখোইগীসিবু?

- দুর্গা পুজা মনুংসি গোবিন্দগীদা নুতিগী থৌগন তৌগদবা, অদুগী ঈশৈ তিন্নশেইনা তৌরিনি তাদা। কুমসিদি ইমা ইবেম্মদু হিদা লেঙলকঅগা শগোন্দা হনখিনি হায়নে। খঙদ্রে করম থোকঅদৌনো।

শৈদিন্নবগী চৎকদবা নুমিৎতু অয়ুক ঙন্তানা মহৈ মহৈ বস তোংফমদা য়ৌনরকএ। শ্রীমতিগা লোইননা চৎমিন্নগদবসু য়াওই। থিন্দোকপা ওইনা বস থাফম ফাওবা লাকঅম্মগা হনখিগদবা কাঙবুসু য়াওরি। সনাজাওবদা ঙাইরে ব্রাৎলিবা, অতৈ লোইনা লাক্লরে। ফলা কুইরে ঙাইরিবা। হায়নরকই - ''করিনো য়াম্বুং সনাজাওবদু হৌজিক ফাওবা লাক্ত্রি সিবো। চৎলরোইদজাৎলা। পাওসু অমত্তা হায়রক্তে।''অনি অহুম ওনশিন্নরগা ব্রারী শাদুনা মতম ঙাইরম্বদুসু শানিঙাই ব্রারী লৈশিল্লক্ত্রে। গারিগী দ্রাইভরনা হোর্ন হৌনা শাংনা শাংনা খোংঙকই। তানজাদুদা সনাজাওবদু মশু নুপানা থিন্নকপা উবদা ময়ামদু য়ৌরকএ, য়ৌরকএ শুরে হায়দুনা গারিদা কাখৎনব্রে।

নোংমগা তংখায় চৎকদবা খোঙচৎনি। অহিং অমর্দি বস মনুংদা লেনগদৌরিবনি। খোঙহৌ খরা থেঙখিবদুদা দ্রাইভরদু কন্নপ থৌই। মরক্তা পংলেপ লেপ্তে। বস মনুংদা তোংলিবশিংদু থংননা ফম্মিন্নবশিংদুগা ব্রারী শানৈ-লৈবাক্তী, লো এন্দ ওর্দরগী করেস্ত তোম্বিক্তি, সাহিত্যগী মীফমদা নৈনখিবশিং পুথোক্লদুনা। লমশাং চৎলকপগী ঙাইহাক পোৎথাবা ওইনা

ঈশৈ শকপা ফাগী জোগাই তৌবসু য়াওরকই। বসকি ময়ায়গী চৎথোক চৎশিন তৌরিবদুগা তাইনবা সিত্তা ফগ্বা ওজা কুল্লদু কোনশিন্দুনা ফমলগ্বা মথোঙ অহাঙবরোমদা তিংথোক্লগা পোৎথাই। ওজা কুল্লসি প্রিজেন্ত ফেসনি। মানা ঙাংবা ময়াম্না তানিংঙি। থংননা ফগ্বী নুপী অমথক্লা ইপা পাখৎনা "এঃ ওজা খোঙনা শোকপ্রমাল্লে য়ারৌবীনু" মরায়বক কৎলকই। ওজা কুল্লনা নোকমি নোকমি- "কৈসু কায়দেদা ইচনসিদি। ঐঙোন্দদি নুপীনা খোঙনা শোকপশি তোয়গ্রজাৎনি।" মরক্তগী মোল্লি মোল্লিবা নুপা অমনা- "ওজা কুল্লগী সাহিত্যসি য়াংমন্দুনা উতোন য়াতোন থেংঙুনিকো।" "সাহিত্যদি অদোমগীদুনা হেল্লা য়াংঙিদা।" ওজা কুল্লগী খুদক্তি পাওথুম্লি। লমশাং লাকপগী চোকথনরবা ময়ামদু ঙাইহাক পোৎথানৈ। সনাজাওবদি অহিং তুমদখৈ ইরকপা লোইশিনবোই লোইশিন্দবোই তৌবা শৈরেংদুগী মকোক মনুংদা কল্লা নৈনরি। ময়াম্না ঙাংনরিবা তৌনরিবদু অমত্তা য়াওদে।

শৈদিন্নফম শঙলেন্দু ফনা নিংথীনা চাউই। পাৎ ওইনা তৌবা ইপাক অমগী মনাক্তনি। থরো থম্বাল হৌই। ঈশিংদা চাক্তাবা উচেকশিংশু অরুবা ঈশিংদুদা মনীং তম্লা শান্নরি। মতম চানা হৌই। তোঙান তোঙানবা মফম কয়ামরুমদগী লাক্লিবা কবিশিংদু মশা মশানা শক তাক্লরগা শৈহৌ ঈশৈ অমা শক্লবা তুংদা হৌরে শৈরেং পাবা। ইকাই খুম্নবা উৎপা ওইনা একাদেমি এৱার্দ ফংলবশিংগী শৈরেং হান্না পারবা তুংদা মথং, মথং পারকই। কবিদু ফনা অহল ওইরে। মাগী শৈরেংদু সনথ্যা ওইশিল্লকঅবা পুনসিগা মরী লৈননা ইবনি। ফজে, য়াম্না ফজে। পুংক্লিং নুংশিরকই। ইনরকইবা শৈরেংশিংদু মখল মথেলনি। থিমগী, প্রজেন্তেসনগী, লোনগী তোঙান তোঙানবা মওংদা পুথোক্লরকই। মশম শাংঙি কবি নহাদু, মথদাংগী কোইদু মথবাক য়ৌরে। মশা ফৈ। পাথরকই মাগী শৈরেং— ঐগী শৈরেংগী মমিং-"করপসন"

হৌরকই পাম্বী অমা করপসনগী
শিরুম নারুম মথায় থায়নদগী।
কুম খুদিং যুগ খুদিং
চাউখৎলকই অসুম অসুম
য়াংখৎলকই নোংদোন তম্না।

নোঙ্গ শেল্লে পাখীদু
মপূং মরৈ কারে
কুন শুবা সতাব্দি মপূংয়াই।
শল্লে মশা মরেংতনা পাখীদুগী
খনজিনগ্রে নুমিৎকি মণ্ডাল
কুণ্ডল' মনাশিংদুনা পাখীগী।
হৱাওজরে মনীং তন্নে
শাইদাংলিবা চেক্লা শব্দুদি।
মণ্ডাল ফংদ্র' যত্রিকশিংদু
লম্মাওনরে অমম্বা লম্বীদুদা
থিরি কদোমদনো পম্বুংগী মায়কৈদু
কুনমাথোই শুবা সতাব্দিগী অণ্ডনবা অয়ুকসিদা।
লৈশেম কোকয়েৎ থোনবা খরদি চোংথোক্রকই
ফৈজোম তোমান শেৎপা
সুৎ তাইনা য়াওয়বা
মখুৎতা খুৎলাই পায়দুনা
য়োৎপাক থাওজৌ হৈল্লাং কাটি
ফুক্রদবগী মরু পাখীদুগী
তাম্লি, তৌরি, লৈনাওম থোৎলবা মখুৎশিংদুনা
মেরু ফাওনা তাশিনখ্রবা পাখীগী লেম্ফুদু।

ময়াম খুবাক প্রোক প্রোক খুই। মথণ্ডগী শৈরেং পাখীগদবীদু হোজাইদগী ওজা ইবেম্মুনি। তোংগানে, ঙারোই শাবাম্নি। ঙৌই হায়বমক য়াদ্রবসু পুন্নে কুচু চণ্ডিং। নোকমিবা মায়থোংদু ওম্মোক্লা রাশি লৈ। হিজম ময়েক্কি ময়েক নাইবা ফনেক অমা খোইখা শেৎ,মোইরাং ফিজিন চনবা ইল্লফিদু মকোক খুন্নপ তৌ পারকই মাগী শৈরেং ।

## "দ্রৌপতি বিলাপ"

ইকাই খুম্নবীরি ঐবু
মহারানীনি পান্দব মঙাগী
মতিক মগুনতনা মালেম ফাওরবা।
শীংথাবীরি লাইবক ফবীনি।
শ্রীহরিনা হাবীবগী ইখুৎমক্না হৌজবা লৃক
থাগৎপীরি ঐবু সতিনি অথোইবী
মপুরোইবা মঙাগী সেবা ফংজবী।
উবীদে কনানসু ঐগী নুংগী অৱাবদি
খঙবীদে কনানসু থম্মোয়গী মৈচাকসিদি।
মীনুংশি য়াওদ্রবা লানগী মবেম্মা
দুর্গামক্তি শক্তি লৈবীনি হায়রসু
ঙমদে থাদোকপা নুংশি নুংঙোনবুদি
নুপী ওইবীগী মহৌশা।
হয়াওজখিবনি নুমিৎতু সয়ম্বরগী
হকচরনি খল্লুবদা কুন্দো পরেংদু
থৱায়না তাজবা চুং-ফিরান চাবা অর্জুনদা
চৎমিম্নরনি হোনিমুন সগগী নন্দন কানন্দা।
অদুবু, অদুবু নাথৈবীগ্রে ঐগী লাইবক্তু
খম্নহৌদ'মীৎকুপ্তা ইনেম্বোক কুন্তিগী
ওইগ্রে লোয়নবী মচিন মনাও মঙামক্তি
অচাপোৎকুম কৈথেন্দা য়োনবা।
লকানুংদা লোৎচবা কনা খঙহন্দনা
অপাম নুংশিগী ঈচেন্দু নুপীজা ওইবীগী
খোঙগোইনবীগ্রে পুখোক্তুনা মীমাঙদা
উহৈ হেকলুঙৈ অর্জুন্না মুনিগী আশ্রমদা।

লেল্লি ঐহাক চরক চহিংগী পুন্সি অমদা;
ময়াম্বুংহল যুধিষ্টিরগী পাল্লি তারিঙৈ
মতৈমনি ঐসে মখোয় মরীগী।
ইতোন তোনবা সহদেবগী পাল্লি মনুংদু
শৌবিং শৌবিংঙি, অব্রা নুংঙাই য়াম্নৈ
ইমিং কৌশি কৌঙমদা ইভেমা কৌশি কদাইনো
মতৌ য়েংঙমদে সহদেবগী শরেপ মপুং ফারবা
তঙাইফদ' থবক খুদিং পাঙথোকপদা।
লোইজরে ঐগী শৈরেং।

ময়ামদু ফনা কুইনা খুবাক খুনখি। নুপী ওইবীগী চেৎনা থমজবা অরোন অথুপ ইচং থৌনা মতিং লৈনা ফোংদোক্লপদা য়াম্না থাগৎনখি। মথং পাবীগদৌরিবসিনা অরোইবা কবিনি। য়াম্বুং সনাজাওবনি। ইবা লোইশিন্দ্রিমাল্লে মাগী শৈরেংদু ফাজিন্দ্রিবা চেনাশিং মথং মনাও শেম্মগা হৌরকই— শৈরেংগী মমিং

"ভেলেন্তাইন দে"

নুংশিবা, নুংশিনবা
কিশিল্লিবনি অনিসিতনা
অমত্তা ওইনা
মালেমগী জীব পানবা খুদিংমক।
লৈতে চহিগী মতাং নুংশিবদা, নুংশিনবদা
লৈতে খেল্লবসু পাঙলগী মখা পোম্না।
পীনরি ভেলেন্তাইন নুমিৎতা
শাবী শানৌ কয়ানা
নুংশি খুদোল ঙমজ ঙমজবা।
হংলি নুর বেগম্না ব্রাংথোইবদা
কোইরাওনবা মমীৎতুনা য়েংখৎলগা

কাইরেন থাগী মপান্না য়োন্নবা চুম্রে পাম্বী মখোঙদা লেপ্তুনা
"করি পীবিদৌরি ঐগীদি ভেলেন্তাইন নুম্মিৎসিদা?"
"লৈতে লায়রবা ঐগীদি পীনিংঙাই করিসু
থম্মোয় অমত্তং য়াওজরিবসি নত্তনা,
মদুসু হায়না পীথোকপ্রবনি নফমদা।"
"নুংশিবনা পিক থন্না য়াওরবা
থম্মোয়গী মপু ওইরিবা নহাকপু
কন্নানা লায়রে হায়দৌরিমো?"
নোকমি নোকমিবা পাউথুমনি নুর বেগমগী।
য়াহৈনা ফোঙদোকফম খণ্ডরবা য়াংথোইবনা
নুরগী তথোৎপী খুবাংদু চেৎনা পায়শিনখি।
থান আর্তিগী মোইবুং কাংশি খোঞ্জেল লেপখ্রে
লাইবক্তা অমুবা চন্দন থিল্লবী
পুক্তৌ ফনেক, অচম্বা ইন্নফিনা ফিজোল ওইরবী
নুংশিতোম্বীদু খোক্লকই লৈগী পোলাং মচাদুগা
গোবীন্দগী মন্দিররোমদগী
মতম অমদা শীনফম পুনমিন্নরম্বা তোমান বাবুগা।
তপ্পা তপ্পা চৎমিন্নৈ নকশিন্নবা
লোইখিনি পাম্মুবনা লম্বী মতেকতু।
কায়নরমদাই খুরুম্নে হরে কৃষ্ণ শোন্ন'
পীরি তথেন্নৈদু লাইগী নির্মল তোমান বাবুনা
য়ারিবা খুবাং অনিদুদা নুংশিতোম্বীগী
ভেলেন্তাইন নুমিৎকি নুমিদাংবাইদুদা।

খুবাক খুনখি। য়া, য়া, হায়বা খোঞ্জেন্না পুমনিন নিনখি। অতোপ্পা ষ্টেটতগী লাকপা কবিশিংদু চণ্ডশিল্লক্তুনা সনাজাওবদা নমস্তে তৌখি, খুৎ শোক্লখি। হোজাইগী ওজা ইবেম্মুসু চণ্ডলক্তুনা নমস্তে তৌরগা সনাজাওবগা এড্রেস পীনখি। য়ারোইশিন অমদি থাগৎ য়াহে পীরবা তুংদা শৈরোই ঈশৈ অমা শক্লগা শৈদিন্নবগী থৌরমদু লোইশিনখি।

শৈরেং শৈদিমক্ষমদগী আশা অমগা লোয়ননা ফনা নুংঙাইনা হল্লকখিবনি সনাজাওবদু। ময়ুমদা তৌরম্মিবা ফিভমদু উবদা ইহিক হিকথখি। শাগৎলুবা পামজরুবা শক্ত মশিংদু তেকথরক্তুনা নল্লবগুম মতু শোন্না সোফাগী নঙন্দা মকোক ঙাথরগা তুমিন্না ফল্লি। মমৌনুপিনা “পাবুং চাইথনবা ঈশিং অশাবা লৈরে” হায়রকপদা মীৎকপ থোক্লকপগুম তৌখি। হংখি-

- নমাসিদি কদাইদা চৎপ্রে?

- ঙসাই অয়ুক ঙস্তানা থৌগল লূপকি মীশিংগা থোকখিবদগী হঞ্জিল্লক্লি।

- ঐপী চে-চাং লাইরিক্লাক পুংচাই চাইথোকঅম্মিসিনা করিগীনো?

- দশা লাংফম য়াম্না ফত্তে পাঞ্জিদা কুঠি য়েংঙুনি হায়দুনা ইমাসিনা ইমুংগী মী খুদিংমক্কি কুঠি থিরম্বনি।

সনাজাওবদু ব্রা মখা তাখিপ্রে। শাউনিংবা ফাথবা ওইনা স্বর মপী অমা শাংনা হোল্লগা ফুরিৎখাওদগী দাইরি লৌথোক্তুনা য়েংঙি। ইরম্মি-হোজাইগী ওজা ইবেম্মু মচা পোক্তবী লূপ্রাবীনি। থবক্তগী পোৎথাখিবা চহি মঙারোম ফারে। ❑

# ইন্টেন্সিভ ক্যার য়ুনিট

ডাক্তরনা খিংবা নৎত্রবদি হান্নগী চাকলুক ফানা চাবা ঙম্মনি। রাউন্দ লাকঅম্বদসু নিনি হুম্নি লৈরবদি য়ুমদা হনবা য়ারনি হায়রম্মি। পুখৎলকপা নুমিৎতুদি নুংশা খিনক্লরবজাৎনি। মতম খরা ইন্টেন্সিভ ক্যার য়ুনিটতা লৈবদু মখল মথেল থেংনৈ। হংবা লাকপসিংদু উরগা অনাবা ইমুংগী ফিভম অদুম খঙবা ঙম্মি। অব্রা নুংঙাই পুন্না উবা ঙম্রা পিক্লবা সংসার অমনি। য়াররোই খল্লম্বা অনাবনা ফরগা ময়ুমদা হনখিবদা হরাও তয়ায়খিবদু থংনবা মীৎকুপ্তা কনবা ঙমহৌদ্রবা থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাংদু ফিশ্তৌনা কুপ্লগা হিক্লা হিক্লা কপ্লগা তপ্না ইম্বোকখিবদু উরুবদা লৈরম্বা পূম্নমক অব্রাবা শরুক য়ামিন্নৈ। ঙরাংতনি মুন্নিম নহা মতৈ মনাও মচাশিংগা নোক নোক্লুনা ময়ুমদা হনখিবদু। নহাপাগী নুপীদু পীক্তক তৌনা মশা খীংঙি। অনাবা খুদিংগী চঙদুনা অব্রাৎ অপা মতেং পাংই। মাগী নুপাবুসু নিংথীনা সেবা তৌই। ফোং ফোং শাবা চাক ইঞ্জাংদু ফু ফু কামদুনা তোৎলগা পিশিল্লি। লোইরমদাইদা অমুক নৌনা তোৎলগা- "সে, নহাপা খরা য়াম্না চাশিল্লু। কুইররোই য়ুমদা চৎলদৌনি। ইন্নকউরো?" নহাপাদু থংনবরোমদা হাইরপ য়েংঙম্মগা মঙক হায়রগা খামখি। ঙরাং মথোয়না চৎলমদাইদা ফমুং খুদিং চংদুনা মিথাই য়েনবগা লোয়ননা দুব্রা তৌরম্মি। মথোয়না চৎখিবদা কাদু পুংচিক চিকই। থম্মোয় তরক তরকই। পুম্সি চুপ্পগী চিকহৌরগদবা ঐদি হেন্না তরকহৌই।

ময়াম্না য়োমশিল্লগা ড্রিপ কাপ্তুনা ইনশিল্লকইবা অনাবীদু গ্যান তাদ্রবা মাল্লি। হান্না লৈবা অনাবগী সেবারি নুপী অমনা তুমিন্না খোনসিদা হংই।

- করি লমদগীনো? করি ওইনা ঙমদবনো?

- অথাম্না খুজংদগীনি। ঈ ওবনি। ট্রাইক তৌই হায়দুনা লায়েংশঙ অমত্তা থোঙ হাংদ্রে। মফমসিদা ইমরজেন্সিগীদং হাংই হায়দুনা পুখৎলকপনি।

সিসু নোংমা নিনিগী মনুংদা পুমথীং থিংগুনি হায়।” অনাবরোমদা মমায় ওনশিনখি।

চুম্মি, গুসাই অয়ুক খবরদা য়াওখি। দাক্তরশিংগী অতৈ দাবী খরগা লোয়ননা মখোয়গী নন-প্রাক্তিসিং এল্লাওয়েন্স পীনবা থবক লেপ্লা ট্রাইক তৌরিবশিংবু নমদুনা মথৌ তৌহন্নবসু হোংনদে। ট্রাইক তৌরিবা কাগুবুগা য়ানবসু তৌদে। প্রজাদি কোকথক্তা বস্ত্র তারকপগা মান্নরে। শিরোইদবা অনাবা ফাওবা লায়েংফম লৈতবদগী শিবা য়াওরে। সিবু য়াব্রনে ? মীওইবগী পুন্সিবু মখোয়গী পৈশা খরা ফংনবা দাবীগা মন্তিক্লবা য়াব্রো ? লায়েংবগী থবকসিবু ইসেন্সিয়েল সার্ভিস এক্তকী মনুং চল্লি হায়বদাইনে। শীজিন্নবা গুম্মোইদবা লৈরবদি করিগী আইন শেম্মুরি ? মীৎকুপ খরা ঐগী কোক মনুংদা তিঙ্খংনা চক চক হনবগুম তৌখি। সিষ্টরনা চগুশিল্লগা হায়রে।

- পাবুং চকচরব্রা ? হীদাক থক্লবা তৌরসি। নচা নুপাদি কদায়দা চংব্রে ?

- চাদ্রি। চারগে ইবেম্মা। খরা ফরকপসিদা কোমথোক্লকএ। ইচানুপা পাখংদু মমান্নবা অমা’ নিগা থোকখিবনি। ফনা কুইরে।

থংনবা ফমুংদা লৈবা অনাবগী সেবা তৌরিবী চীংমী মৌ নহাদু কন্না নুংশিব্রে। চগুশিল্লকই -“পাবুং ঐ তৌবীগে।” মফমসিদদি থম্মোয় য়ান্না থোৎলি। অমগা অমগা নুংশিনৈ। অরৈ লৈত য়েন্নদুনা চামিন্নৈ। অগুম্বা মতেং পাংনৈ। ইমোন্নেল ইন্টিগ্রেসন হায়বদু মপুং ফানা লৈবগুম তৌই।

দাক্তর রাউন্দ লোইখিবগা চাবা থকপা লোইরবা তুংদা গুইহাক গুইহাক পোৎথানৈ অনাবসু সেবারিশিংসু। নীংশিংদনবা ফনা কন্না হোৎনবনি। য়াখিদে। গুরাংদা থোকখিবগুম ইমিৎতা শংশগুনা উরকই। লৈবাক্কী কোনুংদা লৈবা মমিং চৎপা অচৌবা লায়েংশঙ অমগী মঙাশুবা মথোলদনি। সর্জিকেল ব্রার্দকী থোঙনাও ময়াদা থাবা ফমুংনি। ফমুং মনাক্তা লৈবা টুলদুদা ফন্নগা মখুৎতু তপ্লি তপ্লি পায়দুনা নোইবীরম্বদগী হাইরপ উইথক্করমান্নে, মহাক্না নোকমি নোকমি য়েংলগা হায়রকই

- উইরব্রো ? ব্রারম্মনি পোখারো।

- ঐনা নারকপা মওম তূমদনা সেবা তৌখিবদুগী অমন শিংথৌরিনি।

- অসুক লাম্না লমসিদা ইবান্নিদনি। সেবা তৌবদা অমুক নারকঅদি? হোস্পিটালগী চাকখুমগী ট্রোলি ইনবগী মখোল তারকই। নুংথিনগী টি ব্রেক্কি। "সে, চাসি থকচিন্নু। হোস্পিটালগী চিঞ্জাক অমত্তা চাখিদ্রদি অমুক হন্নকই হায়বনি।" ঐনা মনাক্তা ফন্নগা লৈখিবদু মহাক্না কয়াদা মবুক্লিং লুয়া হরাওজখিবা। অশিবগী যম মশামক লাক্লবসু ঐগী মাঙদগী মহাকপু পুদুনা চৎখিবা ঙম্রোই খঙখি। মহাক থোঙনাওরোমদা য়েংলগা মায়থোং মকা লাম্না হায়রকই- "অথাঙ্গদা চীংয়া নক্না উচেক শঙ্গু পাইহিরিবসিগী তুংদা উচেক জুরা অমা তুফাং খপ্না পাইমিন্নরিবসি ময়ুমদা হন্নিমান্নে, নুংশিদ্রা ?"

- বাবা, চাক চারব্রা ? হিদাককা থকজব্রো ? ইচানুপাদু চংলকলগা ইরাং লাংলৈ।

- নঙদি অসুক কুইনা কদায়দা চৎলুরে ?

- ইমান্নবগী মনাওনুপা অমা গাড়ী এক্সিদেন্টতা শোক্তুনা পুখৎলকই। ঙাইহাক মতেং পাংলুবদা হেক লাকপা য়াদদনা তৌরিনি।

ঙসাইগী ঈ ওবা অনাবীদু য়াদ্রমান্নে। অঙৌবা ফিনা কুপশিন্নগা তপ্না তপ্না ইস্লোকল্লে। মনুংদা লৈবা পূম্নমক তুমিন তুমিন মমায় লুকথনৈ। নুঙাইতনা শোন্নে-লায়েংবদা ঈ কা হেন্না চৎখিদুনা শিবা ওইরমান্নে। ট্রাইক নৎত্রবদি হিংবা য়ারম্বনি। মপুরোইবনা ফাওরমগদবা মৈচাক্তু থম্লুবদা ঐহাক কা হেন্না নুংঙাইখিদে। কান্নরোইদবদা কোক্তা ম্রাহং চবুন চবুন থোক্লকই।

- লম্নাই লায়েংবসু অদুম য়েংবা, লম্নাই লায়েংবা য়াদবগী পৈশাসু অদুম পীয়ু হায়বা, মসিবু করম্বা চৎনবীনোনে ?

হোস্পিটালদগী য়ুমদা হনগদবা নুমিৎতু ঙম্লানা পোৎ-চৈ লোইশিন্দুনা থৌরাং লোইরে। ডাক্তর লাক্লিঙৈগী ঙাইহাক ঙাইনরিঙৈদা থংনবা অনাবগী সেবারি চীংগী মৌনহাদু ইনাক্তা চঙশিন্নকঅগা য়ামনা লোম্না হায়রে- "পাবুং ঐখোয়গীদি ওপরেসন তৌদ্রদি য়াররোই হায়রে। ওপরেসনসু সিদা য়ারোই

অখায়দা লৈবা অচৈবা ল্লেম্পিটাদদা তৌগদবনি। নুপা লাক অহমলোম চৎগনি হায়। সরকারগী থবক তৌবা য়াওরবদি লায়েং শেল লৌবা য়াগনি নংত্রবদি য়ারোই হায়। লাখ অহমদি কদায়দগী ? সরকারগী থবক তৌদবা ঐখোয়দি মী নত্তবগ্রে। ক্রিসু নত্তবগমলে। খগতে, করম তৌসিরা?'' স্বর মপী অমা শাংনা হোল্লি। তৌফম খগদবা মথম্মোয় শোকপা অচম্বা য়াহংদুগী করম্বা পাউখুম্না মাগী অন্নাবদু খজিক্তং হক্সুহনবা গুমগদগে খন্নুবদা ঐহাক থম্মোয় কায়খি। নোক্লিংদনা নোকশিন্নবা মায়থোংনা থেমজিনবীখি।

-''ইচানুপী, খিসু লৈবসিদি। লাই নিংশি। ইশ্বরনা নগগী অন্নাবা শোয়দনা উবিগনি।''

চংলমদাইদা কাদুদা লৈরিবশিংগা খুৎ শোক্লদুনা কায়নরমদাইগী পুকমেন পাউমেন্নখি। চিংগী ইজনুপীগী অনাবা মপুরোইবগী মনাক্তা চগলদা খুৎ শোক্লদুনা বীদাই পীরম্মি।

- ইচানুপা ইশ্বরনা নগবু থুনা ফহনবা ওইসনু।

- হোয় ফজরগে পাবুং হায়রগা মমীৎতা মপি দৈন্না চেন্না মুন্না য়েংদুনা লৈহোই। □

# মসিদি পুন্সি নহৎত্ত্রা

ওমাঙদু নাপী মকা অমত্তা তাদে। নমথি হঙাই লৈতে। লৈমুনা নুমিৎ খুদিংগী য়াই তৈথোকপা তুলশিবুংদুদা উরেপ্লোম শংবা খুদে অমা থুখুনা থায়গা খোত্ত্রাই চন্দুনা চাক চারিবা নিংথেমদু য়াম্না লামলম্মমাগ্নে হন্দ হোনবা শঙদথে কুহ কুহ য়োৎলি। অেয়না ওদোকচবা মুনা ফনেক্তু ফিদোন চিংথৎতুনা শেৎলগা অশাবা অচৌবা ফি-মচা অমা য়ানবোই ইনবোই মেমতোনবীনা মাগী চাক পুথমদু তুলশিবুংদুদা থম্নগা হায়রকই- "করি হায়মথোগে ঐসু চায়গে?" খুম্না শংদে নিংথেম। মরে মুম্না খোংবা হজাম পেরে মহি তোৎপদু চথোম চাউনা হক্রগা মরোই মপাঙ ওনা হাম্না য়োংচাক আলু ঈরোনবদু ফুৎফুৎ চিংথৎতুনা চারি। মোরোক শারফ তৌবা ঈরোনবদুদা হন্নাই মতোন, হজাম মতোন, চানা মতোন লুম্নগা উকাবী অয়াইবা অমগা চাবদু উবদা অনাবা মী ফাওবা চাক লাম্মকদবা মাম্লি। মেমতোনবীদু নোকমি নোকমি - "চাক হকপদা অম্নমাগ্নে" হায়রগা ইংথোলগী উথত্তা মুনবা লফোই অমা থোকঅগা নিংথেমগী পুথম মনাক্তা লৈবা শজোম য়াওবা ভেকোৎতুনা থাদে।

"য়ারে, চারো। নঙ' ওসিগী ঈরোনবসি য়াম হাউই।"

চাক চারমদাইবু ওইরদি কদোমদগীনো থঙদে থম্বালদু মেমতোম্বীগী মনাক্তা হেক্তা কুন্নে। মাগী শরুক থাবিম্নিথে মমৈগাক তাশিন খোমজিন্নগা তুমিন্না কমদুনা অদুম লৈ। চাক চামিন্নরিঙৈদু য়াম্নী মতেক মতেক শান্নে-ইমুং মনুংগী লৈকাইগী খৌদোক য়াথোক্তি, নবোদম্না ফুলদা লৈথিবা অমত্তা পোকচবা মচা নুপাগী মহে মশিং তম্বগী। লমহেন তুহেন্দবা, মহৈদা থম্রাম য়াওবা মচানুপাগী য়াথলদা হয়াওজে, পুক্লিং লুমজে। মবুক থল্নমান্নে, ওসাইথে পাকথরগা চারম্বা নিংথেমদু তিংথৎলগা মখুৎ ওইনা মবুক নান্না নান্না মনাক্তা চাক চারিবী মেমতোম্দা ওাহাক য়েংঙুরগা।

- মেমতোন দুকান্দা শউনগী মোম্পাক ফিদক ফংলমগন্না?

- কৈনো হায়রিসিবু?

- শউনগী মোম্পাক ফি অমত্তা পাম্বা।

- শউনগী মোম্পাক ফিবু লৈব্রনে? কৈদৌনবনো হায়রিসিবু?

- নওগী খুনিং অকায়বদুনা তকপদা মোম্পাক ফি অমত্তা খাওবা ওস্মরোই। শউনগী ওইরদি শেগায়' ওস্মরোইদনা।

- অং, অং, অদুগীরা ? (ইশি শিনা নোকউরগা) ঐদি খুৎসিসু কায়হল্লিংঙিনি, মী অমত্তা ইনাক্তা চওবীরক্কনবা। ইমানা ওাইহাক্তং চৎথোকখিবগা হকচাং নম্মু খোৎলু তৌবদু খুৎসি কায়বনা থাঙ্গোল ময়াদৌনা তৌরদি হায়রকঅরোইদনা।

হনুবীদু থোঙ্গাল্লোমদগী ওাও-ওাওদুনা চওলকই।

- কৈদৌরে নখোয়দি অসুক থেওনা চাক চারিদি?

- মোই' বাবানা পুস্রি শেংবদুদা ঐসু ইন থারগা ও ফদুনা লৈথোকউবদা থেওস্রিবনি। মোই ফিরোইদুদি চাক ইঙ্গাং হাউব্রা ইমা?

- হাউই, হাউই। মীগাক য়ামথ্রপোৎনি। শেন্না মরোল অমা থারিবা।

শুমাঙদা লৈবা ফজুদা ফন্নগা পোথাই। চাক তোকপগা নিংথেমসু মমাগী মনাক্তা ফমিন্নরিঙৈদা লৈরক ব্রাংমগী চেকপন্না ইকোয় কোয়শিনবা য়ুমদুগী গেটতা কাক কাক থীনবগী মখোল তারকই। ওাইহাক লেম্মুরগা অমুক থীন্নকই। ফনা কুইরে অসুম তৌরিবা। গেৎ হাংদোক্তুনা মী থোক্লকপগী মখোলদি তাদে। তামল্লক্তবদুদদি কৌরকই "মী লৈব্রো?" কাক, কাক। অনী অহল্লক শুরকপদদি দোলানগী মরীওবা মখোনগী থোওনাও হাংদোক্লগা নুপা অমন্না লাউরকই-

- কমানো, করিগীনো?

- ক্লব শঙ্গাবগী বার্তন অমত্তা পীরমগে।

- গেৎ মখাদা ইনসিল্লম্মু।

'মানা পৈশিনজরিবা মরল ময়ামসিনা কৈশুম শঙ ওইনা ফাজিন্দুনা থম্বীরেনে' হায়দুনা নিংথেমদু নোক্লগা শঙ্গোন্দা শজিক হাপ্পা চঙখি। নুংশা য়াইদুনা ঙাইহাক পোথারিঙৈদুদা ইলেক্ত্রিক পোল্টতা কাং-কাং খীংলকই। নুপী ৩/৪সু লৈরক খুল্লক চঙদুনা কোয়রাও লাউরকই-"য়ুমথোঙ খুদিংগী মী অমা হৌজিক লম্পাক্তা থোক্লকতবা য়াদে।" হংনরুবদা চৎনা চৎনা খুমলম্মি- "য়ু য়োল্লম্বা ফাবগী লম্পাক্তা মিতিং তৌনি।" নিংথেমগী মমাদু মুরুম-মুরুম শোল্লগা হৌগৎলকই- "ঙাইহাক্তা পোৎথাগে খনদসি য়ারোইদৌরিনে।" ইমুংদা মফি হোংদোকপা চঙখি। লৈকাইগী থৌদোক ব্রাথোক অয়াম্বদি মনেম্বোক্লা ফৈগাক ফৈনা পুবনিনা মেমতোম্বীদু খরা কোমজৈ।

মশা খীংঙি মেমতোম্বীসি। লৌ পাম্লাদা মশাগী শঙম অহমথক্তুংদু মতৈ মনাও উরগা থোক্লকপা ফৌনা মখোয়গী অপিকপা ইমুংদদি য়াখোঙ থুম্না চাবা কোম্লথ্রগা কুম খুদিংগী ফনা য়াম্না তাইবা ঙম্মি। অহনশিংনা থম্বিরম্বা হায়রপ চাউবা ইংখোলদু মতম মতমগী মনা মশীং থাদুনা ইঞ্জাং লৈদে। ঙা লৈদে। পুম্রি অচৌবদুদা য়োকপা ঙানা হরাও কুম্মে মতমদা য়োল্লগা ইমুং মনুংগী চাওখৎনবা শেল তুংশিনবা ঙম্মি।

ষণ, ঙানু-য়েন লোইদুনা ইব্রা ব্রাদনা হিংজবা ইমুংনি। নুমিদাংব্রাই খুদিংগী ষণশিংদু দানা লোল্লগা পীজৈ। "অরাংবী সে-সে চারোসে। অমুবী নঙ হয়েং সের মঙা পীগদবনিকো।" মখোঙ মখুৎ হামদোক্লগা লমজাও ফাওবা ঙাইহাক হব্রা চাবা থোকউরগা হঞ্জিল্লকপদা মেমতোম্বীনা চাক লোইরম্মে। চাথোকমিন্নরগা মমাগা মৈফু তিকমিন্নরৈঙৈদু পয়া শিরি নিংথেম। মেমতোম্বীসু ফি শাবা কমগ্রে। নিংথেম্না হৌদোক্লকই- "লৌখোং ময়াগী তা বাবুগী লৌ শঙমদু য়োম্নি হায়। অথুবগী ওইরমাল্লে, লৌবা ঙম্মরোই। মচাগী থবক ব্রানোম্বগি লাক্ক অনী পূরুবদা শেন্দোয়না আঃ য়ৌগ্রমাল্লে।" মমানা ঙক্লা হংঙি- "অদুক য়াম্বা শেন্দুদি কয়াম চাউবা থবক্লোনে ? মন্ত্রিমুক চাউজাৎলা?" মেমতোম্বী ফি-শানা শানা য়াওশিল্লকই- "পিওনগী ফাওবা লাক্ক অহম য়ৌরে হায়রিসিনি।"

"খঙদ্রে অঙক অঙকপা ঙাক্তা তারকএ।" মমাদু ইমুংদা তূব্বা চংখি। ঙসাইখে নপশিল্লগা মৈনাক্তা কুম্লব্বা থব্বান্দুসু মখোঙ তিংখোক্তুনা অমুক্তং তিংলি য়াংলিরম্মগা মতুং ইল্লগ্রে। মেমতোম্বীদি তেমথেং কল্লা য়ৈশিন্দুনা ফি শাবা লেপত্রি। হায়রকই-"ইবুংঙোগী এলঃআইঃসিঃগী পৈশা থীগদবদু মথংগী থাদা নৎত্রা।" "মাল্লি। পেন্সন স্কিম অমত্তং য়াওশিনবিখিগে খল্লিবনি।" "মোই'বাগীসু অনা অয়েক থোক্লকপগী স্কিম লৈ হায়দু য়াওশিনশিদনা।"

- ঐগীদি য়াওরোই। নঙগী ওইনা য়াওবিগে।

- ইঃ করিগী, য়ুম পুরিবা মোই'বাগীনিনে চেকশিনগদবদি।

- নংনা নশা ফংত্রদি নারগা ঐনা সেবা তৌবা তল্লেবা।

- মবুক কয়া ফংত্রিনো। মানা খজিক্তং ঙমদবদি মনাক্তগী হেন্দোকপা য়াদে। নম্মুগা নোইয়ুগা লাউ-খোংঙিবা।

শঙ্গোল্লোমদা শরিক ক্রোং ক্রোং তৌরকই। নিংথেম পয়া শিবা লোইশিল্লগা হৌগৎতুনা শজিক হাপ্লিরুই। হঞ্জিল্লকঅগা মৈফু তিক্ল-তিক্লা ফি শারিবী মেমতোম্বীদা মমায় ওনশিল্লি। মেমতোম্বীসি য়াম্না ফজবীনি হায়দ্রবসু মায়থোংদু নুংশি। নোকপদা রাশি লৈ। পুলৈ কুচুনি। শাবান্দু চুং ফিরান চানা ফজে। কোমথরক্লবা শম্বুন্দগী ব্রায় ব্রায় তারিবা শময়ামদু খোমগৎলগা পুনশিনবদু মুম্না য়েংলিবা নিংথেম্না,

- লোইশিল্লো চঙঙসি।

- নাৎ মচাশিমত্তংদি লোইশিল্লমখিগে। তমনিংঙব্রো?

- য়াম পেথরে

ইমুংদা য়াল্লিবা ফক্লাংগী ঘরিনা কাংশি তরায়রক য়ৈরকই। মেমতোম্বীসু লোয়শিল্লগা য়াম ঈংঙি খুৎসিদুম ঙাইহাক্তা য়াইখিগে হায়দুনা মৈফু মনাক্তা ফমথরকই। "ফৈজুপ মনুংদা ওম্বদা ঙাইহাক্তদা ফোঙ-ফোঙ শারদৌসিবু, চঙঙসিসে।"চেপ্লপ্পা নিংথেমদা য়েংঙগা-"তৌখৎলকঅদৌনি, ঙাইঙমদনা প্রোক প্রোক চাকপসি।" পোৎ চৈ ফক্লচিংবা লোইশিল্লগা চঙমিল্লখি তুংথ মাংথ। খোঙ লোনশিনখিবগা লোয়ননা ঙাইহাক্কী মনুংদা থাল্লব্বা মৈ মুখৎখি। □

## লম্বীদুদা করম্না ?

থোইরেন, চিঠিসি ফংবদা নহাক গুক্রম্বা য়াই। গুক্লনু। হংনিংলমগনি-করিগী? করম্বা পান্দম? নত্তে, অমত্ত নত্তে। হেঞ্জিন্না খল্লুগনু। নহাক নীংশিংলিদনা- হৌখিবা চহীগী বুদ্ধ পুর্ণিমাগী অহিংদু নখোয় খরা ঐখোয়গী লুচিংবা উন্নবা লাকপদা ফিজেৎনা ঐবু লাকশিনবা গুমদ্রবসু নগুনা চিংননা হদুনা য়েংখিবদু। মদুনা ঐগী নুং ওনপ্লবা থম্মোয়দা চৈথেং পীখিদ্রবসু নগুনা খগুনিংখিবদুফাওদি শেংদোকপা পামখিবনি। নহাক লুহোংঙে তাবদা য়াম্না নুংঙাই। পুন্সি মহৈ য়ানবা ওইসনু।

লুচিংবদগী লুপ অসিগী পান্দম খরমখৈদি খগুলম্লগনি। ঐহাক্কিদমক্তদি চগুশিল্লিবা থোগুথাংসি নত্তনা অতোপ্পা লম্বী লৈত্রবনি। মসিনা থ্বাইদগী অচুম্বা অফবনি হায়বা গুম্বগী থৌনাদি লৈতে। অদুবু ফিভম্না তৎতনা নীংশিংহল্লকই কবিরগী য়াহৈদু- "Oh death, thou turrifiest everyone, not me, who's filled with utter joy at thy sight."

শক্তি অমসুং করপসন্না থমাইবীপ্পবা লৈকংলাগী খুন্নাইসিদা হিংলিবা ইমা লুপ্পাবী অমসুং পিক্লিবা ইপ্পাগুম্বা কয়া অমগীসুনি। পম্লুংদি লাপ্পি। থোগুশানবদি হৌদবা য়াদে। ফরে, লোইশিল্লগেকো।

— লিংজেন তোম্বী

কুসুমলৈগা থোইরেনগা লুহোংখিবা থা অহমলোমতা গুায়রি। তোগুান তোগুানবা ইমুংদা চাউনরকপা তোগুানবা অকোয়বগী লোনচৎতা হিংনরকপনিনা অহৌবগী য়ুম্বান পুন্সিদা চান্নদবা লোনচৎ শাজৎ খরমখৈ থেংনবা হায়বসি মহৌশানি। চুমথোক্লদুনা ভাব তানরগা ইংনা নুংঙাইনা পানবা য়ুম্বান ওইরিবনি। মপোক্কী লোয়নজরকপা চীং লেম্বা, মতম পুম্নমক্তা অম্রাবা উৎথোক্তনা মোমোত্ত লৈজবা কুসুমলৈদদি মদু করিসু অহেনবা পোৎলুম ওইখিদে। অদুবু চিঠীদু পারুবদা চরাংনবা খগুনিংবগী মমি অমদি তাখিবগুম

তৌই। নুমিদাংগী মথৌ লোইদুনা মনেম মকু তুমখ্রবা তুংদা মখোয়গী কাদা চঙলক্তুনা ফমুংগী কাংথোন নোংঙাদা হিপ্লোই ফম্বোই ঙারগা থোইরেন হল্লকপা ঙাইরি। মখুৎতা পায়রিবা লাইরিক্তু খোইজংনা পাবা মান্দে। চেনা পংহাইদা হাইদোকই। ফক্লাং ঘরিগী কাংসিনা তাক্লকই পুং তরা তাখ্রে। টেলিফোন নম্বর লৌনবা হোৎনরিঙৈদা থোঙ্গাল্লোমদা গাড়ি চঙলকপগী মখোন তাবদা মাঙ্গোন্দা থোকঅগা- "করিগীনো ঙসিদি য়াম' থেঙঙকইনা?"

- পুন্নোই লোয়শিলল্লুরগা নুপামচা খরনা মখোয়গী পাউদু হয়েংগী চেফোঙদা হাপ্তবা য়াদে হায়দুনা তক্লবদগী থেঙঙিনি।" চাক চামিন্নরিঙৈদা থোইরেন্না হৌদোক্লই।

- শক্তিগী মতমসিদা মীচমদি বলিগী হামেংগা চপ মান্নরে। মী অমা অনিগী অনিংবা অপাম্বদু পুম্নমক্না ইন্দবা য়াদবগী নম্ফু হেক্তা লাকই।

- মীয়াম্না পাংজদবগী ব্রানি। গণতন্ত্রদদি মীয়াম্না মপুনি।

- মদু ব্রাহ্মেগী ব্রানি। মীয়ামদি জিরোগী হিমালয় চীংজাওগুম্বনি। মমাঙদা ময়েক অমা ফন্নবতদা মগুন চোংথোক্লকপা; নৎত্রবদি জিরো ওইনা অদুম লৈগদবা। নঙসু ইতিহাসকি ছাত্রনি, ইতিহাস হায়বসিবু মীয়াম্বু লাকশিনবা ঙম্বা খরখক্তগী পুক্সি ব্রারী নৎত্রনে?

- অদুবু কনাদনো তাইনদৌরিসিবু?

- ময়াদা ফিবুন নমশিল্লগা হয়ানবা চঙঙকপদা লাউরক্তে হায়দুনা তাইনগদবসি কনাদা ওইগনি ?

- (ইশিশিনা নোকঅগা) য়াম লুনা খন্থমনখ্রে তোকঅসিসে।

মথৌ চিনবনা পাবা শংলক্লবা খবরদু ফমুং ময়াগী সোফাদা ফন্নগা পারিবা থোইরেন্দা ঙসাইগী চিঠীদু কুসুম্না পীশিল্লি। পাবা লোইরগা চিঠীদু থুপচিন থুপচিন্না থোইরেন ব্রাখল অমদা উংবগুম তৌই। কুসুম্না খঙনিংনা হংখি।

"লিংজেন তোম্বী হায়রিসিবু কনানো?" খুমদে থোইরেন। কুসুমদা মুন্না য়েংদুনা লৈ। খঙনিংবা হেক্তিল্লকই কুসুম। গৃ গৃ তকশিল্লকপদুনা থোইরেন ফক্লাং ঘরিদা য়েংখৎলুরগা লীথরকই।

লিংজেন তোম্বী হায়রিবসি থবক্তী ইন্টর্ভিয়ুদা খণ্ডনখিবা মরুপ্নি। মশীং খণ্ডদনা য়াওমিন্নখি থবক্তি ইন্টর্ভিয়ু কয়াদা। অইবা চাংয়েং খুদিং পাস তৌখি মাসু ঐসু। ইন্টর্ভিয়ুগী (ভাইভা) ব্রাহংশিংসু পাউখুম ফজনা পীখিবা ঙাক্তনি। থবক হাপ্পদা শেঙ্গা থুমজা তৌদনবা চেকশিনব্রা কয়া কন্না লাউনরকপা মতাংদা চাংয়েং পরিক্ষাদা য়াম্না কাখৎনা পাস তৌরকপসু য়াওখি। অদুবু থবক্তি খনবদদি খক য়াওরকখিদে। ইশানা ইশাগী থবক পীজনবগী সরকারনা পীবা শেন্থংগী দরখাষ্ট থাফমদসু কয়ারক থেংনখি। অদুবু দরখাষ্ট থাবদা চণ্ডগদবা ময়ামদু শুবা ঙমদবদগী তোকহৌবসু কোঙ্গাইনি। ঙন্নবসু পীথোক্লগা লৌশিনবগী চৎনবী মরকসিদা পীনিংঙাই লৈজদবা ঐখোয়গীদি নিংদোন পোমদুনা তোকখি। কাউদ্রি নুমিৎতু, ফাইরেনগী পূর্ণিমানি। কেন্দ্রিদেটকী মশীং য়াম্না য়ামখি। হাপকদবা ফমসু য়াম্মী। ইন্টর্ভিয়ু লোইবদা য়াচংবা মতুং ফনা কোন্থরে। মতোমতা চৎখিগদবদু নুংঙাইতদুনা ময়ুম ফাওবা থিনবীরুই। মমাগা মৌপ্পাগা থোঙ্গান্দা থোক্তুনা ঙাইরম্মি। লিংজেনতোম্বীনা য়াদদুনা ময়ূমদা চণ্ডলগা চা থকমিন্নখি। মাঙ্গোলগী দারিদা খোঙ য়ান্দুনা ফম্মিন্নরগা ইন্টর্ভিয়ুদা ফজনা তৌরম্বা, অইবা চাংয়েংদা য়াম্না মথক কাবা ঙমখিবা, লৌগদবা ফমগী মশীং য়াম্বা চা থক্লা থক্লা নৈনখি। থবক খল্লকপা য়াবগী নুংঙাইরবা মণ্ডলান্দা তাউদুনা নোকমি নোকমি নোংপোক থংবা অতিয়াদা তরং তরং কাখৎলকইবা মপুং ফারবা থাজদুদা য়েংমিন্নখি। ব্রারীদু তারগা মাঙ্গোলগী উখোকতেন্দা ঙারগা ফন্নিবী লিংজেন তোম্বীগী মমানা হারাওনা হায়রকই -

"নখোয়না থব্রায় ব্রানা হোৎনজবদু ঈশ্বরনা উবীরম্মনিদা। হন্দক্তি ঈশ্বরনা চানবীরনি। লাই নীংশি ইচাশা।" মচানা মহে-মশিং মপুং ফারগা নুংঙাইরকখিনি খন্না অব্রাবা কয়া লোৎশিল্লগা মচাবু পুক্লিং থৌগৎপীখিবী লিংজেনতোম্বীগী মমাদুসু আশাগী মঙাল লাকপগুম তৌখি। লাপতক্লা লুহোংফমদগী ক্ল্যারিয়োনেটতা লৈ কোয়বগী ইশৈ শক্লকই। ব্রারী শানা শানা লিংজেনতোম্বীনা থোঙ্গান ফাওবা থিন্দোক্লকখি।

আশা কয়াগা লোয়ননা ইন্টর্ভিয়ুগী রিজল্ট হায়দোক্লকপা খৌরাংনা ঙাইজখি। থবক হাপ্লদা শেঙ্গা থুমজা তৌবা য়ারোই হায়দুনা শক্তি লৈবা কয়ানা পাউ-চেশিংদা হাপ্লকপদুনসু অচুম্বা খরদি তৌরক্কদ্রা হায়বগী থাজবসু ব্রাংনা লৈনখি। অদুবু য়াওরকখিদে, মাসু ঐসু। য়াম্না নীংবা কায়খি। লিংজেনতোম্বীদি থেমজিনবা য়াদনা কপখি। মপি তৈথোক তৈথোক্লা মথম্মোয় শোক্না হায়খি- "থোইরেন, ঐ অমূক হন্না থবক্কি ইন্তরভিয়ু য়াওররোই।" হেন্না থম্মোয় শোকখিবদি মাগা হৌবদগী মহে তম্মীন্নরকখিবী লৈকাইগী মমান্নবীদুনা য়াওরক্লগা-মানা য়াওরকখিদবদুনি। মথ্বায় য়াওজরবসু পরিক্ষা খুদিংদা মমৈব্রাইদদা লাকখিবী মমান্নবীদুনা করম্না মঙোন্দগী হেনখিবনো হায়বদু খল্লুবদনি লিংজেনতোম্বীনা মথম্মোয় কায়খিবদু। লিংজেন তোম্বীগী সার্টিফিকেটতি ফার্ষ্ট ক্লাস নত্তবা অমত্তসু য়াওদে। তৌবগীদি মমান্নবীদুগীদি মপাদু সরকারগী থবক অমা তৌরিমাল্লে। মরৌ-মশীংশু খরা লৈজবা। লিংজেনতোম্বীগীনা মমা লুপ্লাবীদুগা মৌপ্বাগদনি। নুমিৎতুদগী মাগা ঐগা অমূক হন্না উন্নখিদ্রে। সিনি নঙনা খঙনিংলিবা লিংজেনতোম্বী হায়রিদু। নোকমি-নোকমি কুসুমদা য়েংঙগা- "য়ারেদনা, থেঙপ্রে তূম্মসি। ঘরিদা য়েংভু।"

- চিঠীদুনা কদাইদগী থারকইবা?

- অস অদুসু অমূক লীদুনা লৈরদি তূম্মরোয়নে ঐখোয়।

- খঙনিংবা ব্রাফম খঙদনা তোকপসিনদুম হেন্না লাংতক্লদুনা তূম্বা য়ারোইদৌরিনি। কুসুম্না কন্না তকশিল্লকপদগী থোইরেন মখা চৎথরকই ।

নোংমা অয়ুক পুং ৯ লোম তাবদা টেলিফোন কোল অমা লাকখি। ব্রাহে খরতনি ফোঙদোক্লকইবা-"মফমদুদা মতমদুদা লাকউ।" ঙক্না খনখি-করিগীনো? চৎসিরা চৎকুমসিরা? হংনরকপদা অতোপ্প। পাউ-চেগী ওফিসতসু চপ মান্নবা কোল লাকখি। লেপ্লখি- ঐখোয় খরা চৎলসি।"

মখোয়না হায়বা মফম মতমদুদা ঙাইহাক ঙাইরিঙৈদা মখোয়গী মী অমা লাকঅগা হায়রে- "হয়েং অয়ুক অঙনবদা নখোয়বু লৌবা গাড়ি অমা লাক্কনি। মফমদুদা লৈরম্মু।"

মথংগী অয়ুক্তা ঐখোয় পঙ্থুংফম খণ্ডদনা খোঙশাল্লে। পুং অনীমুক চৎলগা ঐখোয়না তোংলকপা গাড়িদু থাদোকখ্রগা মফমদুদা ঙাইদুনা লৈরম্বা অতোপ্পা নুপা অমনা লমজিংলগা খোঙনা চীংলোমদা কাখৎলি। লম্বী লৈতে। থিৎলি থিৎলি চুরিবা নোংদুগা উদা য়ান্দুনা লৈরিবা মবুক লান্নবা কাকফেগনা চৎপদা মঙম শান্দে। পুং অমরোম ব্রানা চৎলবা তুংদা নোংমৈ পায়বা অনী অমসু ঐখোয়গী তুং ইন্নরকখি। খরা চৎলগা খোঙ লম্বীগুম্বা অমা থেংনৈ। ঐখোয়বু লমজিংলকপদুনা হায়রক্পদগী ঐখোয় পূম্নমক চৎপা লেপখি। ঙাইহাক্কী মনুংদা ব্রাং চাউরবা কুচু মুবা ব্রানা মচুগী ইউনিফোর্ম শেৎপা নুপা অমা চীংলোমদগী কুমথরক্লগা খুৎ শোক্লরে। নোকমি নোকমি হায়রকই-"য়ৌরনি, ঐখোয়গী কেম্প নকশিল্লকএ। অঙম্বা মতেক অমতং কারগা লৈরে।" চীংথক্তুদা অমুক শক্তিগুম্না চেনখৎখি। শাংনা চীং কারকঅগা খংঙম ঙম্বা মতেক্তু কাবদদি ঐখোয় পূম্নমক শ্বর মপী হোম্নখি। নাক য়েংকী চীংমায়দা নোংমৈ পায়বশিং ইলেক্ট্রিক পোষ্ট অমমমগুম্বা লাপ্নরগা পরেং শানা লেপ্তুনা লৈবা উই। চীংদোন য়ৌবগা ঙাইহাক পোথানৈ। য়েংথখিবদা খজিক্তং হাইথরগা পাক চাউরবা থেল অমা লৈরিবদুদা প্লাষ্টিক্কী টেন্ট মঙা তরুক খন্দুনা লৈবা উই। খনখি, ঐখোয় লৈবাক অনীগী লাংদাইদা লৈরে। টেন্টশিংদুগী অমদা ঐখোয় অহিংদু লেকখি। ঐখোয়গী ইরুজনবা চাননবা পূম্নমক মখোয়গী অঙাংশিংনা থৌরাং তৌই। মথংগী অয়ুক্তা ইরুজবা লোইরগা ব্রেক ফাষ্ট চারবা তুংদা পুং ৮.৩০দা টেন্ট অচৌবদুগী মনুংদা ঐখোয় লোয়না ফমদুনা লৈখি। মফমদুদা ঐখোয়বু লমজিংলকপদুনা তৌগদবা তৌরোইদবশিং শুগাইনা তাকখি- ফোটো নম্বা য়াদে, মিং ইমুং-মনুং লৈফম্নচিংবা হংবা য়াদে, ঙাংবদা ফ্রি ওইনা ঙাংগদবনি, অসিনচিংবা। টেন্টকি অকোয়বদু অফবা মখলগী খুৎলাই পায়বশিংনা ঙাক শেল্লি। অয়ুক্কী পুং ৯ তাবদা মাখোয়গী ফিরালদু চিংখৎপগা লোয়ননা সলাম তৌই। ঙাইহাক লৈরগা উচেক্কী খোঞ্জেল মানবা মখোল অমা মায়কৈ মরিমক্তা পুংনিল নিল্লকই। লৈরিবা ময়ামদু মিৎ-না শিংনা লৈনৈ। মিনিট অহমলোমগী তুংদা খোঞ্জেলদু লেপখিবগা মফমদু পুমচিক চিকখি। ঙাইহাক্কি মনুংদা অফবা মখলগী খুৎলাই পায়বা অনী চঙলক্লবা তুংদা মখোয়গী লুচিংবদু অতোপ্পা অনী অমগা লোয়ননা চঙলকই। মখোয় লোইনা ব্রানা মচুগী ইউনিফোর্ম

শেৎলি। লুচিংবদুনা ময়াম্বু থাগৎ ব্রাহৈ পীরবা তুংদা ব্রাহৌদোক ওইনা মাখোয়গী পান্দম অমসুং মীয়ামগী য়াইফনবগী মায়খুমদা মশীং খঙদনা চোংখোক্লকপদগী মীয়াম্না খোইশাওনরবা মতমসিদা করিগীদমক মখোয়গী লুপ অদু লিংখৎলকইবনো হায়বগী মরমদা মরিক চুম্না ঙাংখি। পুং অনিরোম ব্রাহং পাওখুম চৎথখি। লোইশিল্লকপদা লুচিংবগী য়েৎলোমদা ফম্লিবীদুনা হায়খি- "ঐখোয়গী পান্দমদি তুহৎপীরবশিংগীদমক কৎথোকপনি। তুহৎলিবশিংবু চায়নবনি। মরুপ লৈতে, য়েংথীবসু লৈতে।" নুপীসিমক্তি লিংজেল তোম্বী হায়রিদু। চিঠীদু মাহাক্না থারকপনি। ফক্লাং ঘড়িগী কাংশিনা তরানিথোইরক য়ৈখিবগা লোয়ননা মৈশু মুৎখি। ❑

## লৈফমদি হংহৌদ্রেদো

নুমিৎতো ঐহাক অনৌবা মপোক অমগী পুন্সিদা খোঙদারকপগুম হারওখি। মার্চকী তাং ১ নি। থবক্তগী পোৎথারে। য়োংকী পোল্লাংদা মতম কুইনা ফাজিন্দুনা থন্নবা উচেক্কা পোন্দগী নাম্মোক্লগা অহাংবা আতিয়াদা মনীং তম্না পাইজবগুম য়োমশিন্দুনা লৈরম্বা অফা অপুন, অকি অখং ময়ামদু লৈরয়োই খন্নুবদা পুক্লিং মকা লাম্না নুংঙাইখি। য়াখলসি খংচাও চাউথোকখি। কনাগীসু মখা পোন্দ্রে। ইথক থোংবশিংনা খুৎলাই ওইনা শীজিন্নবদা য়ারুদ্রগা করি অকায়বা লাক্লদগে হায়বগী চিংনবা অকিবা পূম্নমক মাংখ্রে। অঙম্বশিংগী অনীংবা অপাম্বা থুংনবা হোৎনবদা খোঙ-খুৎ চিন-য়া ফাজিন পুনশিন্নম্বগী মতম লোইখ্রে। থীদায়গী খুদোলপোৎ ওইনা পীরকপশিংদু পুরগা চঙলকপদা শুমাংদা শান্নরম্বা ইশুনুপানা লীচৈদু পায়রগা-"পুপু কদাইদগীনো ?" হংলকপদা নোক্নুনা খুমখি- "হয়েংদগীদি পুপুনা লীচৈসি পায়রগা নবোক্কা. ঐখোয় অহম নুংতিগী নুমিদাংয়াইরম হন্না চাবা চৎলদৌনি।"

- ঐগী অচাপোৎকা লৈবীয়ুকো।

- লৈবীনি। ইশুগী অচাপোৎ য়াম' লৈবীদৌরিনি।

নোংমসু য়াম্না নুংঙাইখি। ইচম চম্না ইরাং লাংনা হিংমিন্নজবা ঐগী ইমুংদা মমা মপাগা মচাশিংগা য়া লিক্লা ঙাংনবা, মচিন মনাও য়াম্না কোইনবা লৈতে। অমগা অমগা চান্নবা মরুপকুম ঙাংনৈ, লোইনৈ । থক-খা থকশি খশিদি ঙাক্লা চৎনৈ। মদুসু মপানগী শাফুনা নত্তে। মনুংগী থম্মোয়গী নুংশিনবদগীনি। অদুবু করিগুম্বদসু মরৈ য়েংনরকপদগী অঙম তান্নবদা মায় ঙাংনা শাওগৎনরকপদা অঙাং মমানা নোক্লা-নোক্লা শস্তাইনবা য়াওখিদবা নত্তে। মহে মহে মথৌ চৎনবনিনা অয়ুক্কি চাকলেন্দদি পুন্নবসু নুমিদাং খুদিংগীদি পুন্না চামিন্নৈ। মানা মানা থেংনরকপা পুথোক্লদুনা য়ারী শানা শানা চামিন্নৈ। নোকমিন্নৈ। অসুম্না ইংনা নোক্লা হিংমিন্নরম্বদু নোংমদি

খণ্ডহৌদনা নোংলৈ নুংশিংকা লোইনবা অখাক অরাও নংখি। অনানবা লম্বীদা নুংঙাইনা য়াঙনা চেনবা গারিগী ব্রেক শেম্নহৌদবা মীৎকুপ্তা খুদোং থীবা খোকপগুম ঐগী ইমুংদু লানফম মচা অমা ওইখি। করিসু নত্তবা ব্রাহৌদগী মচা নুপীগী হাক্কন্দা খোন কনখৎনরকপদগী ঐসু খুৎ হেক য়াওরুরে। মতম চুপ্পদা মোমোন্ত তৌদুনা ময়ামগী লাংদাই ওইরম্বিদু শাওখিবনা মচা নুপী পুরগা মপামদা চৎখি। চৈ-থাংদুনা খাম্বীগদবা ইমাসু বৃন্দাবন্দ চৎখিবা মতাং খোকপনা খাম্বীনবা লৈখিদে। অয়ুক্তি চাক থোংঙমদনা চৎখি। চজিক খরা লৈরম্বদুনা ইচা নুপা পীজরগা ঐদি চাদ্রে। নুমিদাংনা করম তৌবা? চাক্তি লামশিল্লকই। ইচিক চিক্লা ইতোমতা মাঙ্গোলদা ফন্নগা খল্লি-ঐগী অশাওবদু খরা হেনগ্রমাল্লে। কৌরুবা তারিব্রা? ইচানুপানা মপী কায়নরবা ষম্নাওগুম তুফক তুফাইনা লৈবদু উবদা নুংঙাইতে। নুমিৎতি অসুম অসুম থেগুজিল্লকই। তৌফম খণ্ডদনা পূক্লিং নুংশিনা তরক তরক লৈরিঙৈদুদা ঙা অচৌবা অমা য়াল্লগা নোকমি নোকমি মমা মচা চগুমিম্নরকই। য়েংলমদনা ইমুংদা চগুলগা মফি হোংদোক্লুনা চাক থোঙ্গৎখি। নুংঙাইখি হায়ফম খণ্ডদনা নুংঙাইখি। মাগুলুরবা ইরল অমুক হঞ্জিল্লকপগুম নুংঙাইখি। নুমিৎতুনা, থৌদোক্লুনা তুংগী পুন্সিগী অনৌবা পারা অমসু ওইখি। মতুংদা নোংমত্তসু খৎনখিদ্রে। হরাও-কুম্মৈ থৌদোক ব্রাথোক্তা পুন্না চৎমিম্নদুনা পুন্সিগী অনৌবা মহাও অমা লাকখি। থবক্তগী পোত্থাদুনা অহল ওইশিল্লকঅবা ফাওবা থা খুদিংগী পেন্সন লৌবা চন্দোল চব্রা ইরং লংনা থিল্লগা চৎমিম্নখি। কোইনদবা কনাগুম্বনা ফাগি তৌরকই- "নোয়'নতে ননাওদি জব্রান্দা ওইদুনা লৈয়োনে। হনুবা হৈয়োইদৌরিকো।" অদুবু নোংমদি মহাক অমুক হল্লকঅরোইদবা খোগুচৎ অমদা চৎখি। মহাক্কী অরোইবা পুংজাদা নোকমিবা মায়থোংনা মতেক ওইবা ব্রাহৈনা হায়রম্মী- "ঐ খরা হাল্লম্মগে। ঐ লৈখিদবগী ব্রাখন্দা মোই'বাগী লেমহৌরিবা পুন্সিদু ব্রাহনগনু।"

নাইতোম তাহৌরবা পুন্সিগী তাংককসিদদি হকচাংগী পূক্লিংগী অশোনবদু অমমমতা ওইনা চোংথোক্লকখি। থাগী পেন্সন লৌবা ফাওবা চৎনিংখিদ্রে। ইচা ইমৌদা শিন্নখি। কুইরে চৎখিদবা। নুমিৎতুদি ইশক উৎতবা য়াদবগী চৎলুবনি। মী য়াম্মনখিবনা বেক্ক মনুংদু শ্বর ফুন্দোই। ফমফম অমত্তা

লৈতে। ঙাইহাক লেপ্লোই চৎপোই তৌরিঙেদা নুপী অমা হৌগৎখিবগী অহাংবদুদা খুৎলৈ থুনা ফমজিলহৌবদা খজিক্তং শাফরে। ফুরিৎখাউদগী রুমাল লৌথোক্লুনা মায় তৈথোক্লগা চৌক্রিগী নঙ্গন্দা কোক ঙাথরগা মিৎ উইশিন্দুনা ঙাহাক পোখাই। পাংথোক্লকপদা ঐগা তাইননা য়েৎলোমদা ফন্নিবী নুপীদুগী ওই থংবা খজাইদা লৈরিবা দাগফমদু উরুবদা কুইপ্রবা মতমগী থৌদোক অমা নিংশিংলকখি। খঙনিংবগী লাংতক্লবা ফাওরকই। মাসু ঐঙোন্দা য়েংলম্মগা অমুক লৈথোকখি। মঙোন্দা ওনশিল্লগা ঐনা শন্নপ্পা হংঙি- "তোলোবলা পেন্সনলা লৌদৌরিসিবো?" ঐঙোন্দা মমায় লৈশিল্লকঅগা নোকমি নোকমি- "পেন্সননে। কুইনা ঙাইমন্দুনা ব্রারে।" ঐগী ইকোই কোইদবা ব্রাঙাং অমসুং সকফমদুদা ঙক্লপ তৌনা হৃদুনা য়েংঙকই। ঙাইহাক তুমিন্না ফম্মি। কাউন্টররোমদগী থোক্লকপা নুপী অমনা বেক্তা পৈশা হাপচিন হাপচিন্না- "লৈরেনন্না ঐ হাল্লম্মগে" হায়রন্নগা থোকখি। মমিংসিদি চুম্মিসে। হংখি-

- লৈরেনন্নাসি চীংয়া খুঙ্গাওদগীরা?

খংলৈ লৈথোরক্লগা- মান্নি, সোমবু ...?

- জাপান লান মনুংদা ওজা শীতলগী শঙ্গোয়দা লাল চেন্দুনা লৈরম্বা বীমোলচান্দ নীংশিংলিব্রো?

- ও!ও! নীংশিংঙে-নীংশিংঙে। অশ! কুইরেকো, নুংশিরকইদা মতমদো।

- ইচাশিংদি করি করি তৌবা য়াওরগে?

- ইচা নুপী অনিখক্তনি। অহন্দু ওজা ওইরি। ময়ুম পান্দুনা মচা অমা পোকএ। অতোনবীদুনা হন্দক ইংলিসতা এমঃ এঃ ফাইনেল থাগ্রে।

- মাই পাবুংদি হরাউজরৈনিনে। মচা অনিদং পোকপদা লোইনা ফরবনিনা।

- (শকফম হঙ্গিল্লগা) ঈশ্বরনা মচাগী কূম্মৈ য়েংঙু তম্বীরমগ্রমাল্লে।(শ্বর মপী হোল্লগা) মোই পাবুংদি এক্সিডেন্ট অমদা লৈখিদ্রে। চহী মঙারোম ফারে।

- ইসে, ঐনা হংঙুরিসি নুংঙাইরম্মরোই। কায়নবগী মৈচাকসিদি ইশাদা পান্নবনিনা ...।

- হায়রিসিবু অদোমগীসু ...?

- ফনা কম্না হোৎনবনি। উপাই লৈখিদে। চৎখিগদবা ঙাক্কি, অকোন অহানগী ব্রাতনি খল্লগা কাউনবা হোৎনরিবনি। (মচা নুপীদু কাউন্টরলোমদগী পৈশা লৌরকঅগা মমাদা পীশিল্লি) মমা মশক ফজবনিনা ফজেদা ইচাদি।

- (হাইরপ নোকঅগা) ঐখোয় য়ৌজপ্লগে। মচানুপীনা মাং থারগা থোকখি। থোঙজিন কানথোকঅমদাইদা হদুনা য়েংলকপা মাগী তরাও তরাওবা মিৎতুগা মিৎচানরুবদা ইলেক্ট্রিক করেন্টনা চিংবঙম হকচাংদা জীং লাউবা ফাওখি। মতুং ইন্নখি ঐগী ব্রাখলসু অদুঙেগী লাল চেনফমদুদা।

লাল চেনফমদনি-

লান মনুংদু মহে-মহে পংঙাং ঙাংনৈ মফমদুদা বোম থাদবদা মী অদুক শিরেয়ে, হয়েংদি অদুদা থাদরক্কনেইয়ে, গোরা সিফাই পল্টন অসুক থুংঙরেইয়ে। নুমিদাংব্রাই খুদিংগী ঐগ্যা বামোনগী লাইশঙদা লাই গৌরি তৌদুনা অশোয় অঙাম থোকহনবীগনু হায়না খুরুম্মে। অঙাংশিংদি নাচুংদনা খুঙংগী মরাং কায়না লৈবা লমহাং, চীংয়াগী অশেংবা নুংশিৎতুদা হরাউনা চেন চোংদুনা শান্নরি। স্কুল চৎপগী, লাইব্রিক পাবগী অফা অপুন্নরম্বশিংদু লাল চেনফমদদি খরা কোমথোকপনিনা হেন্নদুম নুংঙাইজখি। চীং কাদুনা শান্নমিন্নখি। লবুক লমহাংদা, তেলঙ্গা পাইদুনা শান্নখি। নুমিদাংব্রাই খুদিংগী খুনয়াগী লম্পাক্কুদা কাংবু-কাংবু ফম্মিন্নরগা নুংঙাইবা ব্রারী শাদুনা থেঙলফাওবা ফম্মিন্নখিবা ঙসি ফাওবা কাউদ্রি।

ঐখোয়না শাইদাংলিবা ওজা শীতলগী য়ুমগা লৈরেনন্নাখোয়গী য়ুমগা লৈরক মচা অমতংনা খল্লি। থোঙ্গাল মায়য়োক্কে। নুপামচাশিংনা শান্নবদা লৈরেনন্নাসু ইচম চম্না ইঙাউ-ঙাউনা অদুম য়াওই। ওজা শীতলগী মমাং শঙ্গোয়দা দুর্গা-পুজা তৌবগী অহিং লেকপদা লৈরেনন্নাসু নুপামচা মরক্তা অদুম য়াওই। মমানা থিংবগাক য়াদে। লম্পাক্তা অঙাং ময়াম

তিংখৌগী পোরোম ককথৎপী শান্নবদা লৈরেনম্নাগা নুপামচা অমগা চক্রি তৌনরকপদগী নুপামচাদুনা লৈরেনম্নাবু ঙকথী চপ্লগা নমশিনগে তৌবদা ঐনা খামদোকপীখি। মাদুদগীনি শান্নবদা লৈরেনম্নানা ঐগা মীচঙ ওইনবদা হোৎনখিবদু।

নোংমগী নুমিদাংব্বাইরমদু শংশঙনা নীংশিংলকই। মেরাগী পূর্ণিমা ময়ানি। খুনয়াগী লম্পাক মচাদুদা অঙাং ময়াম শগোল তোংঙগা ফিবুল হাবী শান্নে। লৈরেনম্নাগা ঐগা মীচঙনি। ঐনা অহম্রক শগোল শারবা তুংদা লৈরেনম্নানা অমুক শগোল শাগদবনি অদুবু মাদি অমুক্তং শারগা মথংদা শাও হায়বা য়াদ্রে। ফনা কম্না থেম্মি। ময়ামসু য়াওশিল্লকই য়াবা লৈতে লৈরেনম্নাদু -

- তম্নি নঙদি য়াম' লৃম্মি। নশা ইচাউ চাউরদনা।

- সিবু ঐনরো?

- অদু ওইরসু।

- অহম্রক শুদ্রসু অনীরকফাওদি শারোবা।

- ঐ তোকঅনি। (চৎকে তৌই)

- তোক' য়াদে। (মখুৎ পায়রগা ফায়)

চক্রি তৌনরকপদগী শাউবা হেনমনখিদুনা ঐনা শুপকোন কোনশিল্লগা মখজাইদা য়ানা চিকপদা 'ঈ' থোকখি। কপ্লগা ময়ুমদা চেনশিনখি। ময়ামসু শান্নবা অদুম তোকএ। নুংশা থীব অমগা লোয়ননা য়ুমদা চঙখিবদা ইমানা ঐবু খুৎ পায়দুনা পুরগা লৈরেনম্নাগী মমাদা লাল্লে হায়জরম্মী- "ইবেমশিজ শাউনুকো। ঐগী অঙাংসি মথোং য়াম' চাদে। মপা লাকঅগা থীনা ফুহনখিদৌরিনি।" লৈরেনম্নাখোয়গী ইমাশিদু য়াম' ফৈ। "করিগী শাউরুদগেনে ইচে, অঙাং হায়সিদি অসি ঙাক্তনি।" মতুংদদি লৈরেনম্নাদু নুপামচা মরক্তা শান্নবা য়াওখিদ্রে। মাগা ঐগা য়াম্না তোয়না তিন্নরম্বদুসু তোকপ্রে। ঐনা থোক্লকপদা লৈরেনম্নানা মখোয়গী থোঙ্গালদা লেপ্লগা-"শান্নবা চৎতৌরিরা?" হায়না হংঙগা মুম্না য়েংদুনা লৈহৌই। লাল চেনফমদগী ঐখোয়না য়ুমদা হনবা নুমিৎতুদসু লমজাও ফাওবা থিন্দোক্লকপদা মানা মমাগী মখুৎ পায়রগা ঐঙোন্দা য়েংদুনা লৈহৌবদু

ঙরাংতা থোকখিবগুম নীংশিংলকই। চুং ফিরান চানা লৈহাও লৈয়েনগুম কুচু ফজে হায়দুনা মমানা নুংশিনা থোনজবা লৈয়েনম্নাদু ঙসিদি মবোক হায়বদু ওইরকএদো। অদুবু ফজবদি হন্দ্রিনে। মখজাইদা লৈরিবা ঐগী য়াখুনগী দাগ মচাসি উরগা মানা ঐবু ব্রারৌরমখিগদ্রা ? ইহে ! হৌজিক মানা লৈরিবা মফমদু হংহৌদ্রেদো। শ্বর মপী অমতং শাংনা হোল্লগা মরিল চৎলবা মোজাফুরিংকুম খুইরি খুইরি তৌশিল্লকঅবা খুদাংদু নাম্বুরগা খণ্ডহৌদনা শোনখি- "হরে কৃষ্ণ!" কাউন্টররোমদগী লাউরকই- "টোকেন নম্বর তরাহুমদোই বীমোলচান্দ!" ❑

## নহারোলশিংদি করি তৌ হায়রিবা?

মতমসিগী অচৌবা সমস্যাশিংগী মনুংদা অনইমপ্লোইমেন্ট প্রোমেল্লমসিসু অমনি ইমুং অমদগীনা ক্তিগী থাক ফাওবদা থবক ফংদবগী অল্লাবসি ময়োক্লরিবনি। অপুনবা মীশিংগী অয়াম্বা শরুক ওইবতা নত্তনা ইমুংগী লৈবাক্কী ওইবা ইশু কয়াদা অচৌবা থৌদাং লৌরিবা, লৌগদৌরিবা নাহারোল হায়বদি টিন এজ্জদগীনা মিদ থাটিজগী কাংলুপ অসিনা শেন্থোক লম্বী লৈতবদগী মেইন ষ্ট্রিমদগী নাথেদুনা চৎখিবদা কয়ামুক শাথিনা কায়রকপগে হায়বসি পুম্নমক্না খঙফম থোকই। ইমপ্লোইমেন্ট এক্সচেঞ্জগী লাইফ রেজিষ্টারগী মতুং ইন্না মণিপুরদা থবক থিরিবা নহারোলগী মশিং লাক্ষ মঙারোম য়ৌখ্রে। রেজিষ্টার তৌদবা কয়া অমসু লৈরমখিনি। অখঙ-অহৈ শাবা কয়া অমনদি হায়রি- সরকারগী থবক তাম্নদ্রবসু লমাই শেন্থোক লম্বী অমা লৈনবা হোৎনগদনি। হাইট কোলার জোব ঙাক্তা থিবনদি ওইররোই। থবক্তা অচোপ অরেম থিবা য়াদে। অসিনচিংবা। কক্লিংঙাই লৈতবা চুন্নবা য়াফম ওইনা লৌনৈ।

অদুবু ফেনোমেনাসিদা খরা কুপথনা খন্থরুরবদি মসি এম্পটি রিমার্কনি হায়না লৌবা য়াই। ঐখোয়গী নহারোলশিংসি থবক চিলহাও থিবদগী শেন্থোক লম্বী লৈতবনি হায়রগদি লানগনি। হায়স্কুল, কলেজগী থাক লোইরবা কয়া মমায় খুন্নগা রিক্সা থৌরম্বা পুম্নমক্না খঙনরিবনি। লাইরিক তন্নিবা লায়রবা ছাত্র কয়ানা কলেন ছুটি মনুংগুম্বদা চেক শুবগী, উ শুবগী জুগালি ওইদুনা মশাগী অমদি ইমুং মনুংগী মতেং পাংনবা হোৎনবা অয়াম্বনা খঙনরম্নগনি। অদুবু মদুসু লেপ্তনা শুফম লৈতে। ইকাই ইকি থাদোক্তুনা রিক্সা থৌরসি হায়বসু হৌজিক্কী মতমদা রিক্সাগী চন্নফম লৈরক্রে। রিক্সাগী মহুত্তা ওটো রিক্সানা শিনখ্রে। ওটো রিক্সানা খরা তানজরম্বদুসু শেল থুমগী ফিভম খরা ফবা কাংবুগী জিপ, ভাননা মুনবিখ্রে। মদুবু অমুক লুপা লাক্ষ কয়া পুথোকপা ঙম্বা অচৌবা বসকী সার্ভিসনা য়োৎশিনখ্রে। লৌ উগে

হায়রবসু উফম লৈতে। মীওোল্দগী শান্নগা উনবা লৌসু ফংদে। শেল্লাও পায়বশিংগী ত্রেক্তরগী যুগসিদা যননা সম্পোৎ খোইবগী যন গাড়ীনা পৈশা তানবগী ব্রাফম লৈখিদ্রে। সেল্ফ ইমপ্লোইমেন্টকী সরকারনা কাইখোক্লিবা শেলফম খরদুসু গীফ এন্দ টেক্কি চৎনবীসিদদি সঙ্গ লৈজদবা লাইরবশিংদদি চুমথাং মখোণ্ড থিবা ফংলবদি ইনাক খুল্লি হায়বগা চপ মান্নে। জেসা উপায় তৌদুনা অণ্ডম্বশিংগী মবুক পেলহল্লগা শেম্মংদু ফংলবসু পাইখৎচবা স্কিমদুগী পোখোক মার্কেটিংগী খুদোংচাবা শেম্বীদবনা ফেল ওইরকপদগী শেন্দোন্না লেপ থুমগৎলক্তুনা হেন্না ফিভম ফত্তনবগী মরম ওইরকই। অদুগীসু মথক্তা লোনগী দরখাষ্ট থাবদা চংলিবা কন্দিসন ময়ামদুনা গেরেন্টর পুথোক্লিংঙাই লৈতবা মতিক চাবা লেন্দেট প্রোপর্টি লৈজদবা মীশিংদি দরখাষ্ট থাবা ফাওবা য়াদ্রি। কদায়দনো লম্নাই শেম্মোক লম্বী থিগদৌরিবসিবু? কদায়দনো তন্দ্রবদি থবক্কী থবক ঙাক্তনি হায়রিসিবু? হিংদবদি য়াদে। হিংনবা পাম্বে থিরকপদা মীনম শোরি তৌব্রা, খুৎলাই পায়রগা লুৎপাৎ তৌব্রা ওম্নবা হোৎনবদা এন্টি সোসিয়েল এক্টিভিটিজদা হৈনরকপা মশানা তাবনি। আশা কয়াগা লোয়ননা অব্রাবা খাংদুনা মতম চংনা মহৈ মশিং তমজরুবা ইনখৎলক্রিবা নহারোলসিংনা শেম্মোক লম্বী লৈরক্তবদগী নিংবা কায়খিদুনা তমথিরবা নিশাদা লাইচুরকই। দিগনিটি ওফ লেবরগী ব্রাফম ফনা অচুম্বা ওইদুনসু দিগ্রি হোল্ডর অমনা করম্না লম্বীগী চিদাইদা নুং থুগায়বগী থবক্তি তৌরুগদগেদো। মীওইবনিনা ফজবা, অপাম্বা, মীহৌবা, ইকায়বা, শাওনিংবা লোইনমক ফাওরমগনি। মসিনি ঙসিগী শেম্মোক লৈতবা নহারোলশিংনা তৌফম খঙদনা খোইরাং খোইশাওননা হিংলিবসি।

অমরোমদা কর্ম্মচারীশিংগীদি সরকারনা হেক য়াবমখৈ খুদোং চাবা পীরি। চহি মঙা তরুক খুদিংগী চাং নাইনা তলব রিভাইস তৌবতা নত্তনা মতম মতমগী এল্লাওরেন্স হাপকৎতুনা পোৎ-চৈগী মমল তাংখৎলকপদা অব্রাবা নংহন্দনবা হোৎনৈ। মশা অমসুং ইমুং মনুংগী অনা অয়েক থোক্লকপদা লায়েংশেল পুম্নমক সরকারনা পুথোকপি। থবক্তগী পোখারবসু অচৌবা শেলফম অমগা লোয়ননা শিদ্রিফাওবা থাগী পেন্সন পী। শিন্দ্রগসু ফেমিলি পেন্সনগী খুদোংচাবা লৈ। মসি ফাওবা পেন্দদুনা কর্ম্মচারিশিংনা

মরক মরক্তা থবক লোয়গী স্ত্রাইক তৌদুনা মখোয়গী অপান্বা ফংনবা হোৎনৈ। সরাকরনসু কর্ম্মচারীশিংগী দাবী পীদবা ওমদে। পীসু পিনিংওমগনি। মরমদি দাবী পীগদৌরিবা অওম অথৌশিংদুসু তলব চাবা ওাক্তনিনা দাবীদুদা মখোয়গীসু খুদোংচাবা য়াওরি। অসিগুম্বা ফিভমসিদা সরকারগী তলব চাবা থবক পান্ত্রোইদবা কনা লৈরমগদগে? অন-ওর্গনাইজদ সেক্তরদা লৈবা থবক ফংদবা নহারোল, লৌমী শিন্নীগী দাবীদি খণ্ডশিন্নদবা তাশিন্নদবা ওম্মি। তাসু তাবিদে। ওসি ফাওবা সরকারনা পোলিসি অমা শেম্বীদুনা ঈশিং ঈচাওগুম হেনগৎলক্লিবা অন-ইমপ্লোইমেন্ট প্রোব্লেম সোম্ব তৌনবা এদমিনিষ্ট্রেটিভ উইলগা লোয়ননা হোৎনবা উদে। নহারোলশিংনা সরকারগী থবক চংবগী খুদোংচাবদি অসুম অসুম হম্ম্বরক্তদৌরি।ওভর ষ্টাফ ওইবা শেনগী ফিভম ফওবনা অনৌবা পোষ্ট শেম্বদা অথিংবা থমগ্রে। পেন্সন ফংগ্রবশিংগী অহাংবা ফমদা চংজগদবদুসু সরকারগী কর্ম্মচারীশিংনা থবক্তগী পোথাবা মতম চহি ২ দগী ৫ ফাওবা শাংদোক্লবা তকশিন্নরক্লি। সরকারদা অলটিমেটম পীগ্রে। চহি শাংদোক্তবদি ইকুই কুদনা কলেজ ওজাশিংগী স্ত্রাইক সোয়দনমক্কী তৌরক্লগনি। অতোপ্পা খরদা য়াগ্রবনিনা মখোয়গীসু য়াবিয়ু হায়বসি তৌফম থোকপা দাবীনি হায়বা য়াই। অদুবু মীয়াম্মা মমুৎ তানা নৈনহৌবদি চুমগনি। কর্ম্মচারীশিংগী থবক্তগী পোথাবগী মতম শাংদোকপা হায়বসি মীয়ামগী কান্নবগীরা নত্রগা সরকারগী অমদি কর্ম্মচারীশিংগী কান্নবগীরা হায়বসি নুংগী ওইবা য়াবা ব্রাফম অনি থোক্লা য়েংবা য়াই। অহানবদা (১) এক্সপরিয়েন্তা য়ুম্ফম ওইবা অমদি মশা কুইনা হিংবগী চাং ব্রাংখৎলকপা। (২) পেন্সন পীগ্রগা অহাংবা মেনশিনবদা তলবকা পেন্সনগা অনি থোক্লা পীবা তাবনিনা চাদিং হেনগৎলক্তগ্রা হায়বগী অকিবা। অহানবগী ব্রাফমসিদি অখণ্ড অহৈশিং তান্নবগী মথৌ তাই। মরমদি মোর্দন টেক্লিক্তা এদভান্স কোর্স নৈনরগা থোক্লকপা য়াম্না ইনরজিটিক ওইরিবা ফ্রেস ব্রেনশিংদুগা চহি য়ামশিন্নক্লবা, ওর্গানশিংগী মপাঙ্গল শোন্থরক্লবা এক্সপরিয়েন্স লৈরবশিংগা কনানা হেন্না প্রদক্তিভ ওইগদগে হায়বসি খরা টেক্লিকেল ওই। অনিগুবগী ব্রাফমসিদি কম্মন সেন্সনা নৈনবা য়াই। মতম শাংনা সার্ভিস তৌরক্লবশিংদি সেনিয়ার স্কেল, সেলেক্সন গ্রেদ স্কেল, সুপর টাইম স্কেল ফংবনা অয়াম্বনিনা মখোয়বু পেন্সন পীরগা অনৌবা হাপ্পদা এক্সত্রা ফাইনান্সিয়েল বর্দন পুগদবা

লৈত্তে। থবক ফংদবা মতিক চাবা নহারোলশিং চংবা য়াবগী খুদোংচাবা লৈবনিনা হেন্না ব্রেলকম তৌফম থোকই। ফিজিকেল প্রদরনসু হেন্নকনি। চহি শাংদোকপা তারবদি পেন্সন ফংখিবগী অহাংবা ফমদা চংজবা য়ারিবশিংগী খুদোংচাবদু ক্রিজ তৌদুনা লৈগদৌরিবনি। ঈশিং ঈচাওগুম গেনগংলক্রিবা থবক ফংদবগী ব্রাফমসিনা হেন্না মরুওইনা লৌফম থোকই। ছাত্রগী পুন্সি হেক লোইবগা থবক ফংদবগী ঈপাক্তা সোইদনমক্কী ঈরাক্লরগদবা মহেৱোইগী লুপশিংসু হিরম অসোমদা পুক্নিং চংবা মতম ওইরে। অরাংবা চীংদোন্দগী চেম্প্রকপা শাফু কল্লবা ঈচেলদু দাম শারগা মন্টিপরপজ স্কিম পায়খত্তুনা য়াম্না কান্নহনবা য়াই। নত্তদুনা অকনবা ঈচেলদু মরল্লাই চেম্প্রহনগ্রবদি ঈচাও থোকহন্দুনা মহে মরোং য়ুম কয়া মাংহন তাকহল্লকনি। মরম অদুনা সরকারনা য়াম্না ইফেক্টিভ ওইগদবা পোলিসি শেমদুনা শেম্হোক লম্বী লৈতবদগী ককণ্ডাওনরবা মশিং য়ান্নবা নহারোলশিংবু প্রদক্তিভ ওইবা মওংদা পুশিল্লক্ক বা হোৎনবা য়াম্নামক তণ্ডাইফদ্রে। মীখল নকশিল্লক্কগা ইলেক্টোরেল গেইনগীদমক খল্লগা তৌবনা অফবা ওইরোই। ❑

## সরকারসি প্রাইভেটাইজ তৌথোকপা চুপ্রোইদ্রা?

মীয়ামগী য়েক্লবশিংগী মরম্তা খ্বাইদগী তমথিবা অমত্তং পনবা তারবদি করপসননি হায়বা তাই। ঐচ আই ভি মহিক্না মীওইবগী ইম্যুন সিষ্টেম থুগাইরগা পুন্সিবু মাগী খুবামনুংদা থমখিবগুম করপসনগী থারবা লৈচিন্না কুপশিনখিবনা পোৎ অমত্তা অশেংবা মশক উবা ঙমদ্রবা মতমনি। করপসন্না তৌবা ঙমদনা লৈশিল্লক্রে। করপসন য়ৌদবা এরিয়াসু পুথোকপা ঙম্লরোই। মীয়ামগী লূচিংবা শাবা মন্ত্রি, এম এল এ, ব্যুরোক্রেট ওফিসারশিংদা শাদোং ওইরগা করপসনগী মহিক্না মীয়ামগী "ঈ" তোংজি থারগা চিংথোকখিবদগীনি পীজরিমখৈ কায়ফম খঙদ্রবা খোমককলাই চুরবা অঙাংগুম ঙসিগী খুম্নাইনা চি থুংদুনা হিংলিবসি। মসিমক্লনি মীনাইগা মপুগগী ওইবা খুমাই শেমগৎলক্লিবা, পেন্দবগী ঈহৌ কয়া থোরক্লিবা, মীনা হিংচা য়াইতম্বগী শক্তম লৌরক্লিবা। মহে লোয়শঙ ওইসনু, লায়েংশঙ ওইসনু, চাওখৎ-থৌরাংগী লোয়শঙসু ওইসনু সরকারগী করম্বা লোয়শঙদনো মসিমত্তংদি করপসন ফ্রি ওই হায়না পুথোকপা ঙমগদৌরিসিবু।

করপসম্না অসুক মঙক হাইগৎপ্রিবসিদি করিগীনো? লৈবাকসিবু আইন লৈত্রব্রা? সাসন লৈত্রবা লৈবাক্লা? চহিগী বজেট পুথোক্লকপদদি করপসন থিংনবা সরকারগী এজেন্সি থম্বগী চাদিং তৌনবা চাওরবা শেলফম ময়াম অমা কায়থোক্লি। সি আই দি, ভিজিলেন্স, ইন্টর্নেল ওদিট, এক্সটর্নেল ওদিট করপসন থিংনবা অচৌবা দিপার্টমেন্ট ঙাক্তনি। কম্মিস্নার, দাইরেক্টর অমমমগী মথাদা তলব চাবা কর্ম্মচারী কয়া থমদুনা য়ান্নবা শেলফম অমা চাদিং তৌরিবনি। অদুবু করপসনগী চাংদি অসুম অসুম ব্রাংখৎলক্তুনা ঙসিদি অতিয়া পকস্রে। ফূকপা ব্রায়গদবা মরু লূনা তাপ্রবা মশা মরেং ফন্নবা অচৌবা পাম্বী অমগুম লৈস্রে। করপসনগী মায়োক্তা খজিক্তং কাংথোক্লবদা পুন্সি তেমশিংনরক্তদ্রা কিবদগী খঙশিন্নদনা তুমিন্না লৈনরবা মতমনি। মনিং, তন্না অকিবা য়াওদনা চথরকপা করপসন্না লূপা কোটি কয়া চেম্নবা শেনজা

থুমজাগী থৌদোক য়াথোক মরকসিদা লুপা লাখ ১০/ ২০ গী করপসনদি করিসু নত্তবগুম থৌশানরক্তে। ওইরক্লিবা ফিভমসিমক্তি সরকারগী লৈঙাক পথাপ শোয়বদগীনি হায়দবা য়ারোই। করপসন হায়বসিমক্তসু লৈবাক্কী অঙম অথৌ অমসুং মখা থাবা কর্ম্মচারীশিংনা চুম্না মথৌ তৌরক্তবদগী থোক্লকপা ঙাক্তনি। লৌমী শিন্মী মীচম প্রজাগী পোথোক্তি নত্তে? তমথ চাওরা চাওরবা পীরগা থক্লিবা সরকারগী কর্ম্মচারীশিংনা মথৌ নিংথিনা তৌরক্তবদগী ওসিদি সরকারগী ওইবা ইন্সটিটুাসন অমত্তদা মীয়ামগী থাজবা লৈরক্তে। অদুননি শেল তিংদনা তম্বা য়াবা সরকারগী স্কুলদা চংদ্রগা লন্নাই স্কুলদা শেল য়াম্না চংনা তম্নরিবসি। লয়েংশঙদসু অদুমঙাই লন্নাই ক্লিনিক অমসুং হোম ট্রিটমেন্টনা অসুক্কী মতিক মায় পাক্লা চথবা ওম্নরক্লিবসি । সরকারগী লায়েংশঙ মীয়াম্না থাজনরক্তবদগীনি। সরকারগী কর্ম্মচারীশিংদি মথৌ নিংথিনা তৌদ্রবসু অরানবা তৌরবসু মতিক চাবা খুদম ওইবা য়াবা চৈরাক পীবগী য়া লৈত্রবনিনা অকিবা লৈরক্তবনি। লন্নাই ইন্সটিটুাসন্দদি মথৌদা পুক্লিং চঙদ্রবদি চৈরাক পীবনিনা মথৌ ফজনা তৌবা তাবনি।

হন্দক মণিপুরদা মহে লোয়শঙগা মরী লৈননা অরানবা মওংদা সেনিয়র স্কেল পীথোক্লম্বগী অমসুং ফেক এপোইন্টকী অচৌবা য়াফম অমা থোরক্লিবসি সরকারগী কর্ম্মচারীশিং মথৌ তৌদ্রে অমসুং অরানবা তৌবদা অকিবা লৈরক্তে হায়বগী ময়েক লারবা খুদমনি। ফেক এপোইন্টমেন্টকী য়াফমসি চৎলিবা মিল্লেনিয়মসিগী মমাংমদগী নৈনরক্লবনি। অদুবু অসুক শাংলবা মতমসি লংলা লংজিন পুথোকপা ওমদনা লৈরক্লি। কুইমনখিদুনা কাওবু কাওনরুরবনি। লালহৌলুপ অমনা থিগৎলগা পুথোকপীরকপসিমক নৎলমদ্রবদি কনাসু খঙদনা কুইরগা অচুম্বা ওনথ্রগদবনি লাইবক ফবা হায়গদ্রা থিবা হায়গদ্রা আইননা য়াদবা লুপনি হায়না সরকারনা থিংজিনথ্রবা লালহৌলুপ অমনা থনাওদা মুদুলা লৈরম্বা ঙা মরু তুমশংনা শত্তোক্লকপগুম মতম কুইনা মকোন্ন শায়গা মীয়ামগী ঈ চুপ্পম্বা মহিক ময়াম অমা চিংথোক্লকপসিদা সরকারগী অঙম অথৌশিংসি লৈত্রুক অহোবদা চংনিংলদ্রোইদ্রা? মমাংদসু কনা য়াম্না তাদ্রে, তমথিবা মীহাৎ-মীপুন অমদি অচৌবা ক্রাইম কয়াদা চেনবশিং অফবা মখলগী খুৎলাই পায়বা মশিং য়াল্লবা

সরকারগী সেক্যুরিটিনা ফাবা ঙমদ্রগা লন্নাই সংস্থান অমসুং লালহৌলুপ্পা ফারগা মীয়ামদা শিন্নবিরকখিবা। অসিদসু নত্তে, সরকারগী হুকুম কনানসু তৌশাবিদে, মন্না লৌদে। সরকার পায়রিবা কাওবুনা ফাওবা চৎপীদে। মৈ ঈশিংগী অতোনবা খাজনা থিদোক্লবা অকনবা ওর্দর কয়া থোকচরবসু মন্ত্রি, এম এল  এ শিংদা কোকথোং কোকথোং তোল্লি। লাক্তা মশিং থিরগা তোনবা টেলিফোন বিল, ক্বার্টরগী রেন্ট শেংদোক্লমদনা মতম লোইখিবা কোঙ্গাইনি। লায়্নাইগীনিবু হায়রবদি মৈরা পায়বীরা চৈতুপ পায়বীরা খবরগী কলম মচা অমদা হায়রকপা ব্রাফম অয়াম্বনা ঙাক্লা চৎলি। মীয়ামগী ব্রাকৎ সরকারদা তৌনদ্রে। অচুম্বা পাম্বা,লৈবাক নিংবা কাওবুদা ওইনা পাউ-চেগী খুথাংদা তৌনরে। সরকারনা ঈচং থৌনা মায় পাক্লা পাওথোকপা ঙল্লিবা হায়ববু এম এল এ, মন্ত্রিশিংগী তলব হেনগৎপা, লোকেল এরিয়া দিভলপমেন্টকী শেলফম চাওনা কায়থোকপা, লোয়ননা মন্ত্রিগী ওফিসকি কা, ক্বাটর খ্বাইদগী ফজনবা, নুংঙাইনবা শেম্বদা তৌনিংবা চাদিং  তৌবা ঙম্বা অসিনি হায়বা তাই। লাইরবা মীচম প্রজানা কংশি শিগে শিজৌ মন্ত্রি, এম এল এ শিংগীদি অশোয় অঙাম থোক্তনবা চেকশিন্না ঙাক শেন্দবা য়াদে। পুন্নমকসি শুপচিন্না য়েংলূরগা সরকারসি প্রাইভেটাইজ তৌথোকপনা ফরগদ্রা হায়না খন্নবা মতমদু য়ৌরক্লে। নত্রগদি শম্বলনা হব্রাই মতোন চাবগী চৎনবী লৈবা, অরানবা তৌবগী চৈরাক ফংগনি হায়বগী চিংননিংঙাই লৈত্রবা লমসিদা হেন্না চাওবা স্বান্দল কয়া থোক্লকখিনি। অরানবা তৌবগী লংজিন মাংনবা রেকোর্দ মৈ থাবগী থৌদোক কয়া উরকখিনি। □

## চৎনহনবা ঙমদ্রবা সরকারগী নিয়মশিং রিভ্যু তৌবা ফৈ

মীয়ামগী য়াইফনবগী পান্দমদা সরকারনা মতম মতমগী ওইবা নিয়ম কয়ামরুম শেম্মি। হায়রিবা নিয়মশিং অসি লম লমগী চান্নগদবা মওং য়েংদুনা শেমদোক শেমজিন তৌবা য়াবগী খুদোংচাবসু অদুম লৈ। অদুবু ফনা কান্নগদবা ফনা ফজবা নিয়ম ওইরবসু চৎনহনবা ঙমদ্রগদি শেমলুবগী কান্নবা লৈতে। লমদমসিদসু অসিগুম্বা মীয়ামগী কান্নগদবা পান্দমদা শেম্বা নিয়ম কয়া চৎনহনবা ঙমদনা লৈরি। খুদম ওইনা হায়রবদা মেন্টিনেন্স ওফ ইসেন্সিয়েল সার্ভিসেস এক্ট শেমদুনা মীয়ামগী নোংমগী পুন্সিগা মরী লৈনবা দিপার্টমেন্ট খরদা থবক তৌবা কর্ম্মারিশিং ষ্ট্রাইক তৌবা য়াদে হায়বা নিয়ম লৈনা লৈনা ষ্ট্রাইক অদুম তৌই। মৈগী, ঈশিংগী বিভাগতা তৌবা কর্ম্মচারিশিংনা ষ্ট্রাইক তৌরকপদগী মীয়াম্না হায়নিংঙাই লৈতনা ব্রাবগী থৌদোক কয়া থেংনখ্রে। ডাক্তরশিংনা মখোয় মশাগী খুদোংচাবা ফংনবা তানবা দাবীগা মরী লৈননা তৌবা ষ্ট্রাইকনা মরম ওইদুনা লাইয়েংফম লৈতবদগী হিংবসু য়ারিবা অনাবা কয়া শিখিবগী থৌদোক লৈখিদবা নত্তে। অঙম অথৌ, শেঞ্জাও পাইবশিংদি লমদমসিদা ডাক্তরগী ষ্ট্রাইক তৌজরবসু মপানগী অফবা হোস্পিটালদা পুদুনা লাইয়েংবা ঙম্বনিনা থোইনা কাইদবা য়াই। ষ্ট্রাইকনা মরম ওইদুনা ইলেক্ট্রিক মৈ ফংদ্রবসু জেনেরেতরনচিংবা শিজিন্নদুনা মহুৎ শিনবা য়াই। কা হেন্না চৈথেং ফংলিবদি শেম্মোক মতিক চানা লৈজদবা লায়রবা লৌমী-শিন্মীশিং অসিনি। মসিগুম্বসি থোক্তনবা মেন্টিনেন্স ওফ ইসেন্সিয়েল সার্ভিসেস এক্ট শেম্লিবনি। অদুবু ঙসিদি হায়রিবা এক্ট অসি শাফু অমত্তা লৈতবগুম তৌরে। এক্ট অসিনা ষ্ট্রাইক তৌরকপশিংদা পীফম থোকপা চৈরাক পীদুনা ব্রারকপগী ব্রাসু লৈত্রে।

সরকারগী লোইশঙশিংদা চৎনরিবা ব্রার্কিং অব্রারদসু অসিমঙাই। কর্ম্মাচারিশিংগী থবক শুবগী অককবা পুংশিং লৈবগা লোয়ননা কাবা কুম্বগী মতমসু সরকারনা লেপ্পা নিয়ম লৈ। নুমিৎ অসুক্তগী হেন্না চে পেন্দিং থম্বা য়াদে হায়বা নিয়মসু লৈ। অদুবু মসি কর্ম্মাচারি অয়াম্বনা ইনবীদে। থেংনা

কাবা ঙল্লা কুম্বা হায়বসিনা য়াম্না চাং নাইনা নিয়ম ওইনা চৎনরি। তেবল খুদিংগী চংদুনা হায়জরগা পেলহন্নবা তৌগ্রিমখৈ চে অমত্তা মচি লেংদে। অশি-অনাগী নৎত্রগা করিগুম্বা অথুবা অমগী মরী লৈনবা ওইফসিয়েল উন্ননবা হোৎনবদা অন্নাবগী মশক্তি। অয়ুক্কী পুং ১০ দগী হৌগদবা ওফিস অন্নারদু পুং ১১ দা চংলুবদা উন্নগদবা ওফিসিয়েলদু কারগ্রোই। নুংথিল পুং ৩ গা তাবদা চৎলুবদদা ওফিসতগী কুমগ্রে হায়রক্কনি। করিগুম্বদনা অমুক মীদু ঙসিদি কারক্রে, ছুটি লৌবা লৌদবগী ব্রাদি খঙদে হায়রক্কনি। সহরদগী কিঃমিঃ ৩/৪ রোম লাপ্পা মফমদা লৈবা ওফিসশিংদি অমুক্তা হেন্না কোমথোকপ্রে। অয়ুক্কী পুং ১২ ফাওবা ওফিসতা জীব অমত্তা উরোই। নুংথিলদনা পুং ২.৩০ তারকপদগীদি শোরোক্তা শঙ্গু শঙ্গু লেপ্তুনা অচেনবা গাড়ী তোংগদবগী ঙাইদুনা লৈবা লম্বী চৎপশিংনা অদুম উই। কনাসু করিসু হায়নদে। মথক থোংবশিংনসু য়েংশিন্দে। এটেন্দেন্স রেজিষ্টরদদি নিয়মগী মতুং ইন্না পুং ১০ দা কাবা ৪.৩০ দা কুম্বগী সহি তৌরমগনি। খুঙ্গংদা লৈবা হেলথ সেন্টরশিং, ভেটরিনরি ইনষ্টিট্যুসনশিং মরী লৈনবশিংনা সরপ্রাইজ চেক তৌবদা হেক্তা খঙগনি চৌকিদারগুম্বা নত্তনা অয়াম্বা মতমদা ষ্টাফ অতৈ কারগ্রোই। এটেন্দেন্ট রেজিষ্টরদদি চাং নাইনা কাবগী সহি তৌরমগনি। ক্বালিফাইদ হেন্দ মরাং কাইরপকপগী মতুং ইন্না খুঙ্গংদা লৈবা মেডিকেল অমসুং ভেটরিনরি ইনষ্টিট্যুসনশিংদসু ডিগ্রী হোলদর দাক্তরশিংনা অয়াম্বা তৌরে। মখোয়গী তলবকী চাংসু থাদা লুপা লিশিং তরাগী মথক্তা ফংবা ঙাক্তনি। অদুবু তলবকা মখোয়না তৌরিবা সার্ভিসকা চান্নরিব্রা হায়বদদু কনানসু য়েংশিনবিরুদে, খঙ্করুদে।

অতোপ্পা ব্রাফম অমনা সরকারগী অনা লাইয়েংশঙশিংদা থবক তৌরিবা দাক্তরশিংদা পীরিবা নন-প্রাক্তিশিং এল্লাওয়েন্স অসিগী ব্রাহল্লোক য়াম্না চমম্নবগুম তৌই। মণিপুরদা হৌজিক সরকারগী থবক তৌরিবা এলোপেথিক্কী দাক্তর ৬৫০ রোমনি। ভেটরিনরি দাক্তর ২০০ গী মথক্তা লৈ। হোমিওগী দাক্তর ১০ গুম্বা লৈরি। ঙম্নমক নন-প্রাক্তিশিং এল্লাওয়েন্স ফংই। পে রেঞ্জগী মতুং ইন্না থাদা লুপা ৬০০ তগীনা ৮০০ ফাওবা ফংই। দাক্তরশিংনা লাইয়েংবদা পুক্লিং চংনবা, মথৌ পাংথোকপদা অকায়বা থোক্লক্তনবা প্রাইভেৎ প্রাক্তিস তৌদনবা পীবা এল্লাওয়েন্সনি, অদুবু এন পি এ ফংলবসু দাক্তরশিংনা ময়ুমদা লাইয়েংই হায়বসিদি কনানসু য়াদবা ঙগ্রোই।

খরা মমিং লৈবা দাক্তরশিংদি ময়ুমদা লাইয়েংবা লাকপা অনাবগী মশিং য়াম্মনখিবনা নোংঙাল্লমদাইদগী ক্যাদা লৈহৌদ্রবদি লাইয়েংবা ফংদবা য়াওরিবনি। প্রাইভেৎ ক্লিনিকশিংদসু কেস অয়াম্বদা সরকারগী থবক তৌবা স্পেসিয়েলিষ্ট দাক্তর এনগেজ তৌই হায়বসি মীয়াম্না অদুম খঙনবা ঙাক্তনি। হৌজিক্কী মতমদি সরকারগী লাইয়েংশঙদা য়েংবদগী প্রাইভেৎ নৎত্রগা দাক্তরগী য়ুমদা লাইয়েংবনা হেন্না পাম্নরে। থৌরা শাবীদবা অমদি নমথিহানৈনা শুর ফুল্লবা সরকারগী লাইয়েংশঙদা য়েংবা অনাবা করক্কনি হায়বগী থাজবা লৈরক্রে। লোয়ননা সরকারগী লাইয়েংশঙদা লাইয়েংবগী চংগদবা পুম্নমক অনাবনা পুথোকচবা তাবনিনা শেল চংবগী চংবা খরা চেকশিম্না য়েংবীগদবা প্রাইভেৎ ক্লিনিক্তা লাইয়েংবনা হেন্না পাম্নরকপনি। অদুনা প্রাইভেৎ ক্লিনিক অমসুং প্রাইভেৎ প্রাক্তিস হেন্না চাউখৎলকপা মশানা তাবনি। সরকারগী লাইয়েংশঙদি উপাই লৈজদ্রবা, তোম্ল-তারবশিংগী লাইয়েংফম ওইরে হায়বা লাল্লরোই। মসিদি গভর্নমেন্ট স্কুলগা লম্নাই স্কুলগা খেন্নবগুম্বনি। ব্রাকিং ষ্টাইলদা, আউটপুত্তা সরকারগীগা লম্নাইগীগা শাথিনা খেন্নবা লৈ। অনাবা কাংবুনা হেন্না পাম্নরকপগী মতুংইন্না দাক্তরশিংসু প্রাইভেৎ প্রক্তিস তৌবদা থব্রায় য়াওবা হেনগৎলকই। নন-প্রাক্তিশিং এল্লাওয়েন্স পীবগী কান্নবা করিনো হায়বগী ব্রাহং মীয়ামদগী লাকফম থোকই। হেন্না চমম্নরিবা ব্রাকম অমনা অনাবা লাইয়েংবগী থবক তৌদবা, এদমিনিষ্ট্রেটিভ সার্ভিসতা লৈবা টেবলদা ফন্নগা ফাইল শুবা দাক্তরশিংসু নন-প্রাক্তিশিং এল্লাওয়েন্স অদুম ফংই। লাইয়েংবগী থবক তৌবা তৌদবগা মরী লৈনদবা দাক্তর হায়বা উপাধি ফংলবশিংগীদমক্তা পীবা এল্লাওয়েন্সকুম্না তৌরি। মসি এন পি এগী কন্সেপকা চান্নদে। তশেংবদি লাইয়েংবগী থবক তৌরিবা মরু ওইনা রেসিদেন্ট মেদিকেল ওফিসারগুম্বা মতম অমদা হেক্তা কোল তৌরকপা য়াবা দাক্তরশিংনা মথৌ পাংথোকপদা অকায়বা থোক্লক্তনবা প্রাইভেৎ প্রাক্তিস তৌদনবগীদমক পীবা এল্লাওয়েন্স ওইফম থোকই। ভারতকী অতৈ ষ্টেট খরদদি এন পি এ ফংবা দাক্তরশিং প্রাইভেৎ প্রাক্তিস তৌনদে। অদুবু মণিপুরদদি সরকারগী থবক তৌবা দাক্তশিং এল্লাওয়েন্স ফংই। প্রাইভেৎ প্রাক্তিসসু অদুম তৌই। কন্নানসু থিগৎনরুদে। সরকারগী মায়কৈদগীসু থিংনবা হোৎনরুদে। মসিদগী খুদোং চাদবশিংদু মীয়াম্না তুমিন্না খাঙদুনা লৈনরি। মরম অদুনা চৎনহনবা ঙমদ্রবা সরকারগী নিয়মশিং অসি রিভিয়ু তৌবগী তঙাই ফদবা লৈরে। □

## ভারত সম্বিধান চৎনরিব্রা করেম্নরিব্রা?

হায়নৈ, ভারত সম্বিধান পৃথিবীগী অইবা সম্বিধানশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী চাওবনি। কনটিট্যুয়েন্ট ফাদরশিংনা মমাংদা লৈবাক ময়ামগী কনটিট্যুসনশিং ইকোই কোইনা থম্নগা অফবমখৈ খনগত্তুনা শেমখিবা ভারত সম্বিধাননি। পান্দমদি-মীখা পোন্দবা লৈবাক অমা ওইবগা লোয়ননা মীনা মীবু তুহৎপা য়াদবা নুংঙাইবা মান্নবা খুন্নাই অমা শেমগৎনবা হোৎনবনি। অসিগুম্বা সম্বিধান চৎনবা হৌখিবা সেঞ্চুরি তংখায় হেনখ্রে। অদুবু সম্বিধানগী লিক্কম চুম্না চৎলিব্রা অমদি চহি ৫০ হেনবগী খোঙচৎসিদা পাদমলোমদা চংশিন্নকইব্রা নত্রগা লাপথোকখ্রব্রা হায়বদুদি নৈননিংঙাইগী অচৌবা মচাক অমা ওইরি। হিরম অনিদং লৌখত্তুনা য়েংবদা মীচম অমনসু অদুম খঙবা ঙমগনি।

*মীখলদা ঃ-*

সাসনগী শক্তি মীয়ামগী খুত্তা লৈহন্নবা চহি মঙা খুদিংগী মীখল তৌদুনা মীয়ামগী মীহৎ খন্নবা সম্বিধান্না অয়াবা পীরি। মরাল লৈবা মীওই নৎত্রবদি ভিক্কারিদগীনা ক্রোরপটি ফাওবা মীখলদা মীরেপ ওইবা য়াবগী হক লৈ। মীখলগী নুংগী ওইবা য়াখন্নোনদি মীয়ামগী অফবা তৌরক্কদবা মীয়াম্না য়াবা অফবা মীশক খনবা হায়বনী। হৌজিক চৎনরিবনা কমদৌবা? সম্বিধাননা পীবা হক ওইরবসু লাইরবা শেঞ্জাও পুথোক্লিংঙাই লৈজদবা মীদি ফনমক অফবা মী ওইদুনসু মীরেপ ওইবা শুকয়ামক য়াদ্রে। শেল অমসুং শক্তিতবু মীতাবা লাক্ক কয়াগী মপু ওইবশিংতনা মীখলদা মীরেপ ওইবগী মোনোপোলি লৌখ্রে। সরকারনা মীরেপশিংগী চাদিং এম এল এ গী লাক্ক ৫ এম পি গীনা লাক্ক ১০ দগী হেনবা য়াদে হায়রবসু মীখলদা মায় পাক্কবশিংসি লাক্ক ৩০-৪০গী মখত্তা চাদিং তৌখিবা ঙাক্তনি হায়বসিদি কনাসু ককপা ঙম্রোই। লাওবদি লেপ্তে, সরকারসু প্রজাসু- "শেল অমসুং শক্তি শিজিন্নদুনা মীখল থেংনবা খিংগদবনি।" মীখলগী কল

লাওথোক্নকপদদি শেল অমসুং শক্তি শিজিন্নবা মীরেপ্তনা মায় পাক্লকই। তাইনফম্মা প্রজাদা ওইরকই। "মীয়াম্মা অফবা মীহুৎ থাগৎলক্তবনা ফত্তবা সাসনগী চৈথেং ফংলিবনি।" প্রজানা করম্মা অফবা মীহুৎ থাগৎলকপা ঙমগদৌরিবনো? মীরেপকী টিকেট পীবদগী হৌরে, হুরান্নুব্রা দাকু তরাং তৌরগা তানব্রা কুবেরগুম্মা পৈশিন্নগা ভোট্তর লৈবা ঙমগদবা মীতাদা টিকেট পীরক্কনি। মপুন্সি চুপ্পা মশাগী ওইজবা থাদোক্কুনা মীয়ামগী সেবা তৌজবা অচেৎপা রাজনীতিগী ফিরেপ লৈজবশিংদু ভোট্তর লৈবা ঙম্বগী শক্তি লৈত্রবদি টিকেট ফংবগী ব্রা লৈতে। প্রজানা অপান্বা নুংশিজবা অফবা মীওই লৈরবসু মীরেপ ওইনবগী টিকেটপু পীরক্তবদি করম্মা মীহুৎ ওইনা থাগৎলুনি। অমরোমদা প্রজানসু মীখল হায়বসি ফাগী ওইনা লৌনরে। মীখলগী মতমদা ব্রাশক্লমবশিংদু হেক কাখিবগা কাওথোকখিদুনা মশাগী য়াইফনবা তৌবনা চৎনবী ওইখিবদগী মীখলনা মীয়ামগী অফবা পুরক্কনি হায়বসি প্রজানা থাজবা শুকঙম ঙমদ্রে। অদুগীসু মথক্তা চামগী মনুংদা হুম্ফুরোমদি লায়রবনা ওইবা লমনিনা নোংমগী খুৎশুমম্মা ব্রানা হিংজবা কাংবুদদি ভোটকী পীরবা লুপা ২০০-৩০০ দু য়াম্মা মরু ওইনা লৌজবা তাবনি। অদুননি দাকু তরাং তৌরগা পৈশা তানবা মফিয়া কয়া মীয়ামগী মীহুৎ ওইনা কারক্লিবসি। অদুননি পার্লিয়ামেন্টতা, এসেমব্লিদা টেন্টেট মিনিষ্টর লৌথোকউ হায়না ইরাং তৌদুনা সম্বিধানবু মশক থিহল্লিবসি। শক্তিতবু মীকাখিবনা সম্বিধান্না পীবা মথৌ লান্না পাঙথোক্লবদগী লৈবাক ব্রাথোক ওইখিবগী ব্রারী মীয়াম্মা নাকোং শিংজা য়েনা তানগ্রে। ইং শোক ২০০৫ গী জুন থাদা রাষ্ট্রপতি ভবন্দা পাঙথোকখিবা গভর্নরশিংগী কনফরেন্সত রাষ্ট্রপতিনা সম্বিধানগী কষ্টোদিয়ান ওইরিবা অব্রাংবা থাক্কী ফম পাইবশিংনা সংবিধানগী লিক্লম ঙাক্লা চৎত্রে হায়বগী নুংনাংবা ফোংদোখিবদু। পার্লিয়ামেন্টতা, এসেমব্লিদা মন্ত্রিশিংনা অরানবা তৌবগী পুখৎলকপা ব্রাকৎ চুমথোকপগী মহত্তা মমাংগী সরকারসু চপ মান্নবা অরানবা তৌরম্মী হায়বনা পাউখুম ওইনরি। মসিবু সম্বিধানগী স্পিরিট ঙাক্লা চৎলি হায়গদ্রা?

*হিংবগী থাক*

হিংবগী থাক মান্নাদবা হায়বসিনা মীওইবা খুন্নাইদা ইংনা চিক্লা হিংমিন্নবা য়াদবগী অচৌবা মরম অমা ওইদুনা লাকই হায়বসি ইতিহাসনা

শাক্লিনি। য়েলহৌঙেদগী তত্তনা থেংনদুনা লাকইবা অশিকপদগীনা অচৌবা ব্রাথোক লাম্লোক অয়াম্বা অচৌবগা মচাগা, ইনাক খুনবগা লায়রবগা, শক্তি পাইবগা পাইদবগগী মরক্তা মুক্লরকপদগী ওইখিবনি। ব্রাখল লৌশিং হেনগৎলকপগী মতুং ইন্না অসিগুম্বা মুক্লবসি হস্থহল্লগা শক্তি লৈনা হিংমিন্নবা য়ানবা হোৎনবসু লেপ্তে। ভারত সম্বিধানগী মপুং ওইবা পান্দমসু হিরম অসোয়দনি। অদুবু সম্বিধানগী পান্দমদগী অসুম অসুম লাপথোকপগুম তৌরি। চহি ৫০ হেনবগী লৈঙাক পথাপসিদা লায়রবনা অসুম অসুম নংথখিবা ইনাক খুনবনা হেন্না হেন্না নুংঙাইখৎলকই হায়বসি নোংমা নোংমগী ময়েক শেংবা হেনগৎলই। অনৌ অনৌবা পুথোকইবা সাইন্তিফিক প্রদক্সনশিংসিগী মপান্না শেঞ্জাও পায়বশিংদি লাইগী নিংথৌ সোরারেন্দগী হেন্না নুংঙাইনা হিংনরি। অমরোমদা ময়ুম মকৈ লৈজদবা ফিজেৎ ফিগাই খরা নত্তনা করিসু লৈজদ্রবশিংগী ফিভমদি ফগৎলকপা লৈতে। লাইরবা লৌমী শিন্মি কয়ানা চাদবনা ঙৌরবা মচাশিংগী মৈচাক্তু য়েংবা ঙমদবনা ইমুং হুপ্না শিমিন্নখিবা শেন্দোন শিংবা ঙমদবদগী অম্বাঘাট তৌখিবা কয়াগী পাউ তোইনা তারকই। মী অমগা অমগগী হিংবগী থাক খেন্নবসি য়াম্না হেনগৎলকখিদৌরি। ভারতকী প্রজাসি ইন্দষ্ট্রিয়েলিষ্ট, তলব চাবা কাংবু অমসুং লৌমি-শিন্মী হায়না কাংলুপ অহম থোক্লা খাইদোক্লা য়েংবদা অকোনবগীসিনা খ্বাইদগী হস্থবা থাক্তা লৈরি। ইন্দষ্ট্রিয়েলিষ্টশিংদি অনৌবা পুথোক্লকপা মেছিনগী মতেংনা মগুণ লৈবা পোৎ মতম খরতগী মনুংদা য়াম্না পুথোকপা ঙন্নবনিনা হেন্না হেন্না চাওখৎলকই। শিন্মী কয়ানা শুরম্বা থবক্তু মেছিন্না মহুৎ শিনথ্রবনিনা লৌমী শিন্মীগী শেম্লোক লম্বীদি অসুম অসুম হস্থরকপা ময়েক্লা তাবনি। চলব চাবা কাংবুগীসু খুদোংচাবা হেনগৎলকই। চহি ৫/৬ খুদিংগী তলব হেনগৎপগা লোয়ননা খুদোংচাবা কয়মরুম পীরি। সড়ক্তা চেল্লিবা লাক্ষ কয়ামরুম পীবা গাড়ীশিংসি তলব চাবা কাংবুগীনা অয়াম্বনি। ব্রাংল-ব্রাংলবা ফুরা দলান, দুকান তলব চাবগী ফনা য়াম্না য়াওমগনি। শেল য়াম্না চংবা মপানগী অমসুং লমদমসিগী অফবা স্কুলশিংদা তন্নিবশিংসি লায়রবা লৌমী শিন্মীগী মচা য়াওরগ্লোই। তলব চাবা কাংবুগী মরক্তসু ফম অচৌবগা মচাগগী তলব খেন্নবগী চাং অসুম অসুম হেনগৎলকই। মণ্ডাণ্ডবা পে কম্মিসনগী রিকমেন্ডেসন চৎনবা হৌখিবদগীদি খেন্নবগী চাংসি ওখাক হ্যাংগ্রে।

গ্রেদ ফোরগী লিশিং অহুমলোম ওইবা মতমদা ক্লাস য়ানগী পোষ্টশিংনা লুপা লিশিং ২০ দগী ২৫ ফাওবা য়ৌবা য়াওরি। দি.এ. গী পার্সেন্টেজসি হায়দি তলব চাওরকপগী মতুং ইন্না খরা খরা হস্থরম্মী। অদুবু মঙাশুবা পে কম্মিসনগী মতুংদগীদি তলব অচৌবসু মচাসু চপ মান্নবা পার্সেন্টজদা পীরবনিনা অচৌবা তলব চাবশিংদি থাদা লুপা লিশিং য়াংখৈরোম ফংলি। শিন্নী অমগী নোংমগী খুৎশুমললনা থ্বাইদগী চাওবদা শুপ্নগী লুপা ৮০ দা লেপ্লি। অদুনদি ভারত সম্বিধানগী পান্দম ওইরিবা সোসিয়েলিজম হায়বদু করম্বা মতমদা য়ৌরক্কনি। চারোন শুরোন কয়া ফাওবা মপুগা মীনাইগগী থাক্তা হিংমিন্নখিবা তাবনি। সম্বিধান শেম্বীরম্বশিংগী অপাম্বদু মসি ওইরিব্রা? ❑

# Election, a genesis of corruption

Corruption here? Or corruption there? Nay, corruption envelops the whole atmosphere. In the special session of Parliament held in August 1997 all parliamentarians identified corruption and criminalisation in politics as the biggest menace now the country is facing which has vitiated the whole administrative system. Indeed, this has been the same feeling of all the one billion people of this country. In the said session the President, in his address, exerted the Indian people to be in the forefront of the fight against corruption, castism and criminalisation in politics. Yet, corruption menace is mounting day by day. No area is now left without corruption. It is also acceptable that Govt. agencies and elected representatives of the people have been the fertile breeding grounds for corruption. That is why despite the various plan schemes formulated to uplift the condition of the downtrodden mass, the gap between the poor and the rich becomes more and more wider. The poor become poorer and the rich become richer. Because, hundreds of crores of public money are being siphoned off into private purses. It is true that we are now near the top of corruption chart rendering many millions homeless, half starved and half naked.

Corruption, in fact, is filtering downwards from Ministers and elected representatives who are prone to non-transparent functioning. If we go deeper into the phenomena we are sure to discover the root lying in the present system of election. Everybody is aware that the gravitational potency of a paid employee is mooted for his employer/appointing authority. So also what matters much to an elected representative is his electors.

A politician always thinks for the next election. An elected representative is, therefore, bound to confine all his activities to influence only those electors who, he thinks or believes, are his supporters while distancing from the anti-loyalists. He cannot think that he is the representative of all the people of his constituency, State and country. The same practice is applicable in the case of utilising 'Local Area Development Fund' of MPs and MLAs. Favouritism is, therefore, the real outcome. In a sense, corruption is born out of favouritism and this favouritism itself is the progeny of selfism. For their personal gains, Ministers and elected representatives, through unbridled corruption, are making their loyalists big shots who in turn become money bank and vote banks. They thus build their own nests in the jungle of corruption

With the help of these money banks, net influence on voting behaviour is being planted. It is the vote of those poor people bribed and threatened as they are which things swing. In short, election has been industrialized and monopolized by moneyed persons only. If such infirmities in our electoral system is allowed to continue and unless Govt evolves a mechanism to ensure maintaining purity of electoral process, continuity of such ever-increasing corruption menace and misuse of public fund will persist even in a graver situation and this present electoral system itself will be an instrument to make mockery of our democracy.

If the VVIPs and administrators are really interested to erase the acrimonious phrases like 'Money power', 'Muscle power' commonly known as 'Election disease' the target can be achieved by a slight modification in the present electoral procedure by introducing filing of nomination of election candidates by lot on cluster type of constituency basis. Election candidate is to be decided on lottery basis from a group of 3 or 4 constituencies so that the would be candidate may not have

beforehand knowledge of his actual constituency. The time gap between nomination and actual poll also should be limited to the barest minimum. If a would-be candidate, whoever he may be Minister or MLA or any other big shot, is quite at dark about his actual constituency and net voters well in advance for the next election the crooked plan of making vote banks and money banks by misusing public fund cannot be materialized. His activities cannot remain confined to a particular area of his choice and to the interest of his coteries and sycophants only Terrible politician goons and nexus also cannot be able to plant net influence on voting behaviour of the electors by unholy means.

Logical substance of the foregoing concepts is very simple. Criminalisation in politics is a synonym of corruption and this corruption streams downwards from top to bottom. In democracy elected representatives are at the top rung and they being slave children of election, always dream for the next election. The present system of election, though born healthy, is now diseased. It cannot be cured by medication with election code of conduct alone.

A major operation by legislation is extremely needed. We may recapitulate one former president of India's recent appeal to all political effort on curbing corruption and criminalisation in politics. He worried about the unhealthy role played by money, muscle power and mafia in our election fingering to the election commission's report that between 500 to 800 elected representative had criminal antecedents. ❑



## Epilogue

The modern world is one of great diversity and complexity. These have been years of great socio political changes, sharp confrontation between forces of peace, freedom, progress & forces of oppression, reaction, aggression. This chaotic tangle & ever lingering fear psychosis of the doomsday, the posterity to inherit, being dominant factor forms the framework of this humble piece.

Author